# য়াহৌদোক

লাইরিক অসি বোংগাপ্রদা লাইনিংহন ইবুঙো নাওরিয়া হুলোনা মীতৈগী লাইওয়ম মীওয়বা অহনশিংদগী ফংহোত্নুনা পুথোক-পরম্বা লাইরিকনি। হৌজিকী মতমদা লাইনিংহনগী মনাই নাই ঐখোয়না লাইরিক অসি মীতৈগী লৌশিং মৈয়া থোইরিবা ওম্বা ইবুঙো ইবেমশিংগী মকমদা কোংদোকচরি।


তরাগী মনাই :—

মোইরেংজাম্ব মুনাল

লাইশ্রমখুল মমাং লৈকাই।

পো: রাজ্যেশ্বরপুর।



অপোকপা চহীরোন ১৮ শুবা (১৯৪৮) ইং

# হুঁ সিদবা

মীতৈ মরুপকী, খপোকপা মরুপকী। মীতৈ ময়েক সাজবা খোঁপুরা কাংলুপ্প। মপুগী মনাই লাইনিং অহল নাওরিয়া ফুলোনা লেংবিরম্বা মীতৈ চৌভম্ন থারৌ অসি মীতৈ লৈবাক্তা অহুক উনম তৌজবা।



মীতৈ মরুপ চহিরোন – ৩৭ শুবা
উনম তৌবা—থা – ফাইরেন থাবুং ১৯৮২ ইং

লাইরিক
মশিং – ১০০০

মীয়ামগী মনাই
নোংথোংম্বম নবান
লুরাং শংবম।

# মীতৈ হৌভম ৱারি

১। মীতৈ হায়বা ৱাহৈসি মী+অতৈ হায়রিবা ৱায়েক অনিসিনা মুপথিজ্জনা ওইথিবা ৱাহৈনি। মীতৈরোনগী ৱাহৈ পুম্নমক থোকখ্রিবসিগী মরি মথোং থংনভংসিদি মীতৈগী ৱাহৌরোন হায়রিবসিনা থংনভম লাইরিকনি। ময়াং মরোননা 'ব্যাকরণ' হায়রিবা অতুগা অমতনি। মীতৈ হায়বা ৱাহৈসিনা ওয়থিবগুম্বনা মী+অথোইবা=মীথোইবা, অসিনচিংবা ৱাহৈবু মীতৈরোনদা মপান নায়দনা লৈরিবনি, হৌজিক্তা মীতৈনা হায়নরিবদি মীতৈ সিবু 'মৈতৈ' মীহৌরোনবু 'মৈহৌরোন' অমুমনা হায়রৈ মাসিদি মীতৈগী ৱাহৌরোননা ফংথিজ্রবা ৱাহৈনি। মাসিমু চুমথি চুমদে হায়বসি অথংব অহৈবা ইবুঙোসিংনা য়েংবিগনি। ময়াং মরোননা 'ব্যাকরণ' হায়রিবসিনা ময়াং মরোনগী ৱাহৈ পুম্মক্কী হৌভম মকম থংবা ঙমরৈ। মীতৈরোনগী ৱাহৈবু ব্যাকরণনা পুথোকপা ঙম্বগী মথৌ লৈতে। 'জল' হায়রিবসিগা 'ইছিং' হায়রিবসিগা লোন অনিসিগী হৌভম সাংকমদি অমত নতে হায়বসি পুম্নমকনা থংনরিবনি। ৱাহৈ অনিসিগি হৌভম সাংকম মানজ্রবস্ম পোং অতুদি অমতনি, মমিং তোঙানজরুবদনি। ব্যাকরণ হায়রিবসিনা 'জল' হায়বা ৱাহৈসিগী হৌভম মক পুথোকপা ঙমমি 'ইছিং' হায়রিবসিদি ব্যাকরন'না পুথোকপা ঙমদে। ব্যাকরণগুম্বা মীতৈগী ৱাহৌরোন' নত্ত'না 'ইছিং' হায়বসিগী ৱাহৌ থংবা ঙমদে।

২। মীতৈ হায়বা মিংথোনসিদি করম্না থংনরকপগে হায়জুনা থিনরকপা মতমদা মীতৈনা মসানা মীতৈ হায়না থংজে। চিংগী

হাওসিংনস্থ মীতৈবু 'মীতৈ' হায়না কৌরি। অস্থমনা মীতৈ হায়রিবসিবুস্থ কনান খোনবা মিংখোননো হায়দুনা খিনরকপদা কনাগুম্বা অথংবা অহৈবা ইবুঙোসিংনা, মাসিদি মীতৈনা মছানা খোনজবা মিংখোননি হায়না হায়নৈ কনাগুম্বা ফুরুপনা খোনখিংবনি হায়রনদস্থ হায়নৈ। বাখল তৌদুনা য়েংলবদি অতোপপা ফুরুপনা খোনখি হায়রবসিনা চুমগদ্র হায়বা নিংঙৈ। করিনা মী অমগী মমিংবু মছানা খোনজবসি তৌনদে, মমিং হায়বসিমকতবু মী অমনা খোনবিবা হৌনৈ। অদুগুমদুনা, মীতৈ হায়বসিস্থ অতোপপা ফুরুপ চিংগী হাওসিংনা, 'মীতৈ ফুরুপ' এখোইবু মীতৈ হায়না খোনখিবনি হায়দুনা অথংবা অহৈবা ইবুঙোসিং অয়াম্বনা হায়নরিয়ে। মীতৈন নছাবা খোনজবস্থ ওইরসমু; অদু নত্রে মী অতৈনা খোনবিবস্থ ওইরসমু; 'মী + অতৈ' হায়বা বাহৈ অনিসিনা সুপখিদুনা 'মীতৈ' হায়বা বাহৈসি ওইখি হায়বসিনা অরেপপা ওইগনি। মরম অসিনা 'মৈতৈ' হায়বা মৈহৌরোন হায়বা বাহৈসি চুমদে। বাহৌরোনদা কংদবা বাহৈনি। 'মীতৈ' 'মীহৌরোন হায়বসিনা অচুম্বা বাহৈনি।

৩। অস্থমনা ওইরিবা মীতৈ অসিবু মীতৈ লৈবাক হায়রিবা কঙ-খোইবা লৈবাক অসিদা মখোইগী পোকফম সাংফম ওইরিবনি। মীতৈ—লৈবাক হায়রিবসিদি :— চিংলোন ময়ামনা নোংদোন লাইগী ময়াথংদগী মাইগৈ মরিমক্তা পন সাহুনা লৈরগা অদুগী ময়ায়দা স্নাগী থম্বানগুমনা লৈকা কননা সাংতুনা লৈরিবা মফম অমনি। মতিক ময়াইতনা লৈতেং ওয়দুনা লৈবা মরমদগী ;অতোপ্পা নী অমনা চঙকতুনা লৈবা ওমখিদবা মফমনি। মচিঙৈদগী হৌদুনা,

অতৈ অতৈ লৈপাকশী তোঙানা লৈবগুমলবা লৈপাকনি। মীতৈ লৈবাক্তা লৈরিবা ইবুঙো-ইবেমসিংনা মীতৈ লৈবাকসিদগী অতোপ্পা লৈবাক অমা লৈগনি হায়বসি কয়া থম্নদে। চিংলোন ময়ামা পনসাহনা নিংথিনা কোইসিনহনা লৈথিবা ময়মননি। হৌজিক্কবু য়েংলোম ওয়রোমমক্তা লম কাওহনা, চংথোক চংসিন্নগা তোয়ন্নহনা মীতৈ লৈবাক অসিদগীসু অতোপ্পা লৈবাক অতৈসু লৈরি হায়রহনা খংনখ্রবনি। অহুমনা ওয়নমক মীয়ৈবাক থোকপা ঙমন্ত্রিবা অমসু মুঙাইব ময়াইনা অতৈ বাথন থনক্রিবা কনাগুম্বা ইবুঙো ইবেমসিংনদি, মীতৈ লৈপাকতগী হেন্না অতোপ্পা লৈপাক অতৈ লৈত্রমালে হায়না বাথল তৌবসি তৌনিঙাই য়োই। ময়মদি—নোংপোক পাংন য়েংথোকাখিবদা চিংলোন ময়াম্মা থুনিং কাংনা লেপথংতুনা, অভিঙা হোকনা বাংথংতুনা, ঙরাং ওয়খিব কুমৈগী পাও পুম্নমকপু কোয়ৌ লাইদা তাককে হায়হনা ঙায়হনা লৈজরিবনি। কোয়ৌ লাইগী তমক অমুকাক থোগনবু মতৌ অসুমনা তৌহনা মুমিং থুংদংগী নিংথি থোইবা তৌজরিবনি। মুংথলগী মতমদা মীতৈ লৈপাক ইমা ইবেমনা মালংবগা লোম্নহনা মুংসি থোইব লৈপুনবু লাইজগী থকতা চায়থংলিবনি। মুনিলদাং বায়রমগী মতমদা কৌরুংবনচিংবা চিংলোন মাপম কোয়ৌ লাইজ য়োমদা ঙামথহন, মীতৈ লৈপাক ঈমা ইবেনগী য়ায়ফম্নবা হায়হনা কোয়ৌ লাইগী মফমদা থোনিজম্নিবনি। থা পাংনা য়েংথোকখিবদা থারম পনথেংগী চিংজাও ময়ামনা মীতৈ লৈবাক ইমা ইবেমবু কন্নিগুম্বা লেংথোরকহনা সা থোংবু তাবিরগন্রা হায়হনা কিনা থুপনা য়েংজরিবনি অরাং মাইগৈ পাংবদা

লাইরৈবাক কৌক্রুনচিংবা চিংজাও ময়াম্না লাই মতোন কৌকংবা য়ৌবদা ওয়খিবা মওংগী বারি নিংশিংগনি। মকোক থকতা ইমা ইবেমবু থাংগৎতুনা লাইরৈবাককি মুঙায়বা কুমৈবু তৎত'না য়েংজল-লিবনি। য়েংথোক য়েংথোকখিব মাইগৈদা লাইনা সেমখিবগী মসক ওয়থবা মীতৈ লৈবাক লমম্লানি। তম্প'কতা লৈতুনা তুরেন লাব অমোম পুম্নমকনা ইমা ইবেম্বগী খোগন গোয়ৎনি চাইতুনা সিলোন সিলজিন নায়না, মিকুপ পুংজ্রা কুপনা য়েংতুনা হংগৎ হনদা চেনতুনা হোৎনজারিবনি। তু-থোং পাৎ পূম্নমকনা মিৎয়েং অমতা য়েংতুনা থোগনগীদমক ঙায়জরিবনি। উরী উপান পুম্নমকনা মালংব লাইগা লোইনতুনা তৎতনা হমায় থোগন চংজরিবনি। লোকতাকনা চিংবা পাৎচাও খিবিকনা ইমা ইবেম্বগী স্না থোংবু তৎতনা সেংজরিবনি। অতিঙাদ: লৈতুনা অপানবা লাইজ পুম্নমক্না তৎতনা কুমৈ য়েংনভম ওইরিবা মীতৈ লৈবাক লম স্নানি। লাইবক থিব মরমদগী মকম-মকান থংদব মচা ওয়থ্রদনা, মীরৈবাকতা পোকতুনা মীরৈবাকতা চাওদন, মালেমগী সকপু উরা কংজত্রবা ননাইনি। করি মুংদা ইমাগী থোগনবু তোবা ঙমগবা হায়তুনা ননাইনা থৌরাংবৈজে। হে ইমা ইবেমা, ননাই ফুলোনা লাপনা থুরমবৈজে।

৪। পোৎসক য়েংতুনা মমল তৌনরিবমক্তনি। পোৎ অতুগী মতিককা চাব মমলনি। বায় সংবায় অমগা কৌ সংবায় অমগা হকপা মানবা হৌনদে। ওয়দবতুবু হেম সাতুনা ওয়হলনগা তুং কোইব য়াবা হৌনদে। লাইরৈবাক নতববু লাইরৈবাকনি হায়বা য়াব হৌনদে নতবা হায়বসিদি ওনথোকনা চাওথব লংজব অমনি।

লৈখা ভাগদবা বানি। নত্তবা বা হায়রবদি হনদক্তি অপোকপা নীনা অমুক থ'ক্তগদবনি লৈতে। মীতৈ—লৈবাকপু লাইনিংবনি হায়বসি মীতৈভনা হায়জবিবা নত্তে, মীরৈবাকী মীনন্নু হায়গদৌ- রিবনি। মীতৈনা, মপা মপুগী হৌকম সাংকম মকদনি হায়দুনা থাগৎ-পুখৎতুনা মীতৈ লৈবাকপু লাইরৈবাকনি হায়দুনা হায়জবা নত্তে। মীতৈ ঐথোইনা হায়রবন্নু মীরৈবাকী মী পুম্নমকনা খংবিরিবনি। ভারতবর্ষগী মনুংদা গঙ্গা, যমুনা, স্বরস্বতী হায়রিবা তুরেল অহুমনা চেনলিবা মফম অদুবু লাইফমনি হায়দুনা লাইনিং অহনশিংনা হায়নরিবনি। মফম অদুদা অপোকপা [ব্রহ্ম] লেপপি হায়দুনা হরিদ্বার, প্রভাস, বৃন্দাবন, কাশী, প্রয়াগনচিংবা লাইফম পুম্নমক চোংথোকখি। হকচাং কায়াংকী শিংলি অহুমনা লেমফুদগী হৌরকপগুমনা মীতৈ লৈবাক অসিদন্নু তুরেল অচৌবা, ইরিল, নম্বুল হায়রিবা অহুম অসিনা কৌব্রু লেমফুদগী হৌরকতুনা চেনথরকতুনা ইথায়দা তিনগ্নবনি। কৌব্রুনা লেমফু ওইরে, কংলানা ময়াঙকোন খোইদৌ ওররে, লোকভাকনা কঙ্খিকোন ওইদুনা হকচাং কায়াং অমা ওইদুনা লৈগ্নবা মফম মীতৈ লৈবাক লাইফমনি। অসিগুম্বা মফম অসিদা ভেংবানবগী মপু ইবুঙো অপোকপনা করি হায়না লেপোইদৌরিবা? শোয়দনা লেপকম থোকই। মীতৈ লৈবাকভা লাইফমনি হায়দুনা লৈরিবা পুম্নমকসিবু সেম সাদুনা ওইখিবা নত্তে; মমা মসানা ওইগ্নবা মফম মকতনি। পুম্নমক লাইফমগী মসক ওইরিবনি। মরমসিনা মীতৈ লৈবাকপু লাইফমনি হায়না খায়নরিবনি। মীতৈ লৈবাক ইমা ইবেম্মনা পোকপা মচাদি অমতা অচম্বা য়াওদে; পুম্নমক

কংষান তোংথ্রবনি ; হৌজিকসু কন্থান তোঙ্খিবনি। মতুংদসু তোঙখিদৌরিবনি। মীতৈ লৈবাকনা লাইকম ওইবা মরমদগী মচাশিং পুমনমকনা লাইগী পাংগল কংলে। মরম অতুদগী চৌংগী হাও পুমনমকনা কঙ্বা মিংয়েং তাররা ওমদে। ইবুঙো ইবেম-সিংনা অমুকতং য়াথং তৌবিয়ু, অসুপ পিকলবা লৈবাক অসিনা, য়েকনবা অসুপ য়াম্না কোইসিনদুনা লৈরবাকতদা মতু তেকতনা লৈরিবসিবু করি ময়াইনবো। লৌশিং লৌশিংরক হননা য়েকনবা পুমনমকনা উপথ্রবনি, অতুমকতদা করি অমতা য়াং তাবা ময়েং তাবা লৈখিদে। অচম্বা লৈবাক ওইরবদি অসুমনা থাংবা য়ারোইদবনি। লাইরৈবাক ওইবনা, অকনবা পুমনমকনা লাইগী পাজল কংবনা মীতৈ লৈবাক্তা মরেং তাত্রিবনি। অসুমনা মতিক ময়াই চাওরিবা লৈবাক অসিবু মতৌ করমনা ওইরকপা, মহাক্কী মচা মশু ওইরিবা মীতৈ ফুরুপ অসিনা মতৌ করমনা ওয়রকপা মসিগী মরি মথোংসিবু খিবনা চুমগদমাদে হায়দুনা ইবুঙো ইবেম্মাশিংগী মকমদা য়াথি ওইনা থোগনজরিবনি।

৫। হৌজিক অসিদা তাইবং পানবগা হৌমিননরকপা কনাসু লৈবা নত্রে। লৈসেম খুনসেম য়াওরকপা উরকপা কনা অমতংবু হৌজিক অসিদা খিবদা কংগদবা মথৌ লৈখিদ্রে অদু ওয়রবদি মচিনতৈদা ওয়থিবা কুমৈ পুমনমক্কী য়াথি কংলরোইজ্রা হায়বি-রকনি শোয়দনা কংভম থোকই। হৌজিক লৈরিবসিদগী পুখংতুনা য়েংলগা তৌথিবা ওয়থিবা পুমনমক্কি থুদমবু শোয়দুনা কংগদৌরি-বনি। তুংদসু অসি ওয়রগনি হায়বা পাও পুমনমকপু খংনরিবনি। মুননা বাখল তৌথকরবদি হৌজিক ওয়রিবসিনা চুবনি। হৌজিক

হায়রিবসিবু লৈত্রবদি মাংন্থ তুংন্থ লৈতে। অমদি ঐবু ইপানা পোকপনি। ইপাদি লৈরি, ইপুদি লৈখিত্রে। ইপুবুন্থ ঐ উজহৌই, ইপুখোবুদি উজহৌত্রে। হৌজিকী মতমদা পুনশিন্দুনা লৈরিবা কনাগুম্বনা ইপুখোবু উহৌই। ইপুখো পোকপবু উহৌবদি হৌজিকী মতমদা কনান্থ লৈখিত্রে। ইপুখো পোকপনা চিংবা মথকী অহনশিংগী মমিং মথান্থ লৈখিত্রে। মওং সকভম সাদমন্থ থমহৌত্রে, অথংবা কনান্থ লৈখিত্রে। থংনকম করিন্থ লৈখিত্রে হায়দুনা ইপা ইপুশিংতুবু লৈরমদে হায়বা য়াবা রা নত্তে। মখোয় লৈরমত্রবদি ঐদি করমনা ওইরককনি! ঐবু পোকপা, ইপা ইপুন্থ কদাইদগী থোরকনি! ঐত্তোন্দগী পুথংতনা য়েংথং-লগা, ইপা ইপু ইহান হানবা অদুগী পাও কাওবা কংনরিবনি। অমন্থং ইচা ইন্থনচিংবা পুমনমকন্থ ঐগী ইতুংদা মথং মনাও নাইনা লৈহৌগনি হায়বা অভাংবা থংজরিবনি। মীতৈ হায়বসি কদাইদগী করমনা হৌরকপনো হায়বসি, — ঐখোইনা মীতৈ হৌরকপা মতম অদুদা লৈরদুনা উহৌত্রবন্থ হৌজিক লৈরিবা মতমসিদগী পুথংতুনা য়েংলগা করি হায়না মীতৈ ঐখোয়না হৌরকপগী লিখুন কংলোইদৌরিবা! লেপনা থংকম খোকই। থাইনগী কুমৈবু; মরি মখোং খিক্করগা হৌজিক অসিদ' থংবা ওম্বা মরমদগী অহৈবা, অথংবা ইবুঙো ইবেমশিংনা হৌজিক অসিদা লেংথোকতুনা মাংলু-রবা পোংপু হৌজিকতা কংবগুম্মা, পুক্লিং ইনৌ নৌনরিবনি। 'গোবিন্দ দাস'দি কলি'দা পোকপনি, 'কৃষ্ণ' ইবুঙোদি 'দ্বাপর'দা পোকপনি। 'অষ্টকাল' হায়বা লাইরিক অদুদি 'গোবিন্দ দাসনা লেংবনি। 'কলি'দা পোকপা গোবিন্দ দাসনা 'দ্বাপরদা

পোকপা 'কৃষ্ণ' ইবুঙোনা নাহা ওইরিঙৈদা সঙোম হুম্বা মতমদা সঙোম চকু পায়দুনা লেপুরিবনি। 'যুগ' হায়বসি কয়া কুইবা, ইবুঙো ইবেম্মাশিংনা 'ডাইরেক্টরি পঞ্জিকাগী কলিযুগোৎপত্তি, হায়বা চেমাইদুদা য়েংবিয়ু। মতৌ অমুম্বা তৌদুনা থাইনা ওইখিবা কুম্মৈগী ৱারিবু হৌজিক লেংশিনবা য়াদে হায়বা করিম্তু লৈতে। লৈতবদুবু লৈননবা হোৎনখিবানকনি। মীতৈ হৌকমগী ৱারিসি মপুং ফানা লৈতবা মরমদগী অমম্তু অতোপ্পা ফুরুপকী মীনা মীনোক চংঙকপদগী ইকায় খুম্মশি য়ানদুনা কনাগুম্বা অহনশিংগী নাকতা চংজরুবদগী, অমম্তু অহনশিংনা থোঙান মরিক পীনবিরম-বদগী খোমজন তিনশিনজদুনা, ইবুঙো ইবেম্মাশিংগী মফমদা কোংদোকচরি-ৱারি মতেক খজিকতংনি। থ্বাই তরানা পুক্লিং য়াওনা তাবিরগা ৱারী ওইবা হায়বদুনি। মীতৈ হৌকমগী ৱারীবু য়াম্না মুপনা খজিকতা ওইনা লিজগে। ইবুঙো ইবেম্মা-শিংনা পূক্লিং অমতা ওইনা তাবিগদবা ওইয়ে।

৬। মচিনদৈঙেদা, ইহান হানবদা মীতৈ লৈপাকসি ওইদ্রিঙৈদা, মফমসি ইশিং ঈপাক ওইনা লৈরম্মী। ইশিং ঈপাকসিগী মনুংদা নোংপোক ওইরপনা নোংমাইজিং হায়রিবা চীংজাওসি লৈরম্মী। নোংমাইজিং হায়দুনা হায়রিবা ৱাহৈসিদি নোংগী মমাইফংনা ৱাংখি হায়বা ৱানি। নোংগী মমাই ফংনা ৱাংখিবা চীংবু 'নোংমাইজিং' হায়না কৌরিবনি। অমুমনা ইপাক ওইনা লৈরমলিবা মফমসিদি, ইপাক অচৌবগী ঈথৈ ওইদুনা লৈরমলীবা ঈপাকনি। ঈথৈসীগী মনুংদা মুণ্ড-য়াই ময়ামনা থেনদনা লৈরম্মী। ঈপাক অচৌবা হায়রিবসীদো মুণ্ড য়াই পুম্নমকী

মচৌসাগী লৈকমনি। ঈপাক ঈচাও হায়বসিনদি অতংপা লৈত্তনা ঈথক কারিবনি। ঈথক অচৌবহুনা মুঙ-য়াই পুম্নমকপু চেঞ্জুনা পুরকতুনা ইথৈদা থম্না ময়েকনি। মতৌ অসুম্না তৌহুনা, লৈপাক লৈশা কাওভ্রিভৈদা ইপাক মমুংদা অয়াম্বা মুঙ-য়াই থেনহুনা লৈরম্মী। চীংলোন ময়ামনা পন সাহুনা কোইহুনা লৈখ্রবা, অমম্ভু তেংবালবদা কত্তবা পুম্নমকী ময়োন ওইহুনা পুকনিং হুননবগী মশক ওইহুনা লৈপ্রবা মকম অসিবু লাইনিংথৌ সোরারেননা লাইরৈবাক কৌক্রু চীংদোনদা লৈহুনা ম্না মিংয়েং তাখি। লাইনিংথৌ সোরারেন হায়রিবসিদ হৌজিকী মতমগী লাইয়োলদা 'অতিঙা গুরুসিদব' হায়হুন হায়রিবহুনি। ইবুঙো মহাকবি তেংবানবগী মপুগী সায়োননি হায়না হায়নরিবনি। লাইনিংথৌ সোরারেননা ম্না মিংয়েং য়েংথরকপা মতমদা, নাপন চাওনা ঙানহুনা লৈখ্রবা নোংমাইজিংঙী মথক্তা হাওনায় লৈবা উজিদে, মকমসি থাংগৈগেসেংনা লমলেমনি হায়না থংখি হাও হায়বসিদি চিংথকতা লৈহৈ, ইছিং হায়বসি মখোইগী য়েকনবনি। মরম অহুদগী ইপাক লানথোকতুনা হাওসিংনা নোংমাই চীংদা তাক্লবা ঙমখিদে। মীতৈ লৈবাককী অবাং পনথেংগী চীংজাওবু কৌক্রু কোই। 'মিয়ালয় হায়রিবহুগা অহুমক সমনরে হায়হুনা হায়নৈ। কৌক্রু চীংগী চিংদোনবু সোরা-রেন লৈবাক কোই, লৈইরৈবাকসু কোই। লাইনিংথৌ সোরারেননা লাইরেম্মী সিদবীগা অনিনা ম্নাগী কম্বান থকতা ঙালবা কৌক্রু লাইরৈবাকনি। লাইয়াম পুমনমককী সানকম মকমনি। লাই-নিংথৌ সোরারেননা লাইয়ামগী অঙম অথৌ পুম্নমক কৌহুনা হায়রকই—লাইয়ামগী মরুপসিং থা পাংব মাইগৈদা লৈরিবা

লৈপাকসে লমলেম ওয়গদমগে। ময়ায়দা নোংমাইজিং চীংনা ঙনখোকনা নিংথিনা ঙানদত্তা লৈরে। লৈপাক লৈরিবা অসিগী ময়ায়দা মতিক ময়াই কনগ্রবা, মঙান কনগ্রবা মুঙ-য়াই পুম্নমক্লা থেনদনা লৈগ্রে। থৌরাই-মিচাকনা ঙানবগুম্না মুঙ য়াই পুম্নমক্লা নিংথি খোইনা ঙানগ্রিবসিদি য়েংবগী অপেনবা লৈখিদ্রে। মকমসে লাইরৈবাক কৌব্রুসিগী চীংসাগী তময়াস্থু থোকলে মকমসিদা লৈপাক অমা শেমলবদি ওনথোকনা ফজবা মতিক ময়াই চাওবা লৈবাক অমা ওয়গনি। তমপাক ওয়রবস্থু লাইরৈবাক অসিগা চপ মানবা লৈপাক অমা ওইগনি। ওনথোকনস্থু ফজবা লমদম ওয়গনি। মকম অসিদা লৈবাক অমা শেমলবদি, মুঙ-য়াই পুম্নমক্কী ময়াইনা হৌরকপা পোংচৈ পুম্নমক, লাইরৈবাক অসিগী মহৈ মরোংগা চপ মাননা ময়াই লৈরগনি। মহৈ মরোং পুম্নমক অহুবু চারগা লাইথুং লাইনা কোকতুনা কুচু কুমেন ফজরগনি, পুনশিগনি। লাইনিংথৌগী বাহৌদোক তাহুনা লাইয়াম পুম্নমক্লা তম্পাক ঈপাক য়োমদা য়িংয়েং তারকই। লমদমগী নিংথিজবহুদা উবহুদা লাইয়ামগী পুকনিংদি ওনথোকনা পেনখিহুনা লাইনিংথৌগী য়াথং লৌহুনা তম্পাক ঈপাক তাননা কুমথরকই। লম পুম্নমক য়ানবা হৌরকই। তম্পাক ঈপাককি নিংথিজবা লমদম উরহুনা লাইনিংথৌগী নাক তাননা লাকতুনা! মরি মথোং শিংনা পাও তমই। ইবুঙো লাই-নিংথৌ হন্দককি লমদমসে ওনথোকনস্থু যচৈ, য়েংবগী অপেনবা লৈংতে। ইবুঙোগী য়াথং মতুং ইনহুনা হায়জরিবনি—মকম অসিদা লৈবাক শেমলবদি ওনথোক্লা নিংথি থোইবা লৈবাক অমা ওইগনি হায়বসি ননাই ঐখোয়স্থু বাখলদা কংজরে মতম থিনথবদি পামবু

পামজরে। থুনা য়াংনা লৈবাক অমা শেমবনা থোককদমাগে। মম অসিদি থাংগৈসেংব মমলেমনি। ইবুঙো লাইনিংথৌ লৈপাক অমা শেম্বা হায়বসিদি ওনথোক্না চাওখবা থৌরমনি। অদুগী মথক্তা কলকপা য়েংথিবনস্থু য়ৈথায়গে থিংগায়গে হায়দুনা লৈবনস্থু কোংগাইনি। ইবুঙোনা থৌরম পাংলবা তৌবিরগা ননাই ঐথোই ইবুঙোগী তুংইন-ক্লগনি, ইবুঙোগী থৌগন চৎচগনি। লাইয়ামগী থুম থোইবা য়াথং তাবদা লাইনিংথৌগী পুক্নিংদি থোইদোকনা মুঙায়থিদুনা হায়রকই, —"মরুপ ইবুঙোসিং পুন্নমকনা য়াথং পিনবিবসিনা ঐদি থোজান-মনা কংবা ওয়জরে। মতম থিনথবিরগমু, লাই লিশিং লিশিংনা থুজিং ওইরদুনা অকনবগী ফিজেৎ সেৎপিউ। চরৈ খাওয়বিরো, শাপোৎ লানপোৎ শেৎতুনা। অথৌ অথৌবা থুংস্থু থুংলাই পায়থৎ পিরো। লাই নিংথৌগী য়াথ- মতুং ইনদুনা লাইয়াম পুন্নমকনা শাপোৎ লানপোৎ সেৎতুনা স্না শাগোন থকতা তোংদুনা অথৌ অথৌরা থুংস্থু থুংলাই পায়দুনা লোইরবা মতমদা, লাইনিংথৌ সোরারেনা লুচিংদুনা লাইয়াম পুন্নমকনা লৈসেমগে হায়দুনা রাথন থারেপতুনা, তম্পাক ইপাক নাক তাম্না কুমথরকই।

৭। অম্নিগী তুংদা লাইয়াম পুমনমকনা চিংয়াদা তোংগোন সাদুনা লৈরদুনা চিংলাইগী মবোংদা হিংয়াহেরেন সাখি। হিরেনদা তোংদুমা লাইনিংথৌনা চিংবা লাইয়াম্না নোংমাইজিং চিংথোং তাকলই। [ নোংমাইজিং হায়বা মিংথোনসি লাইয়াম্না থোনথিবা মিংথোন ওয়গনি। নোং+মাই+চিং বাহৈ অহুমসিনা তিনশিনথিদুনা ওয়থিবা বাহৈ মপুং মিংথৈনি। নোংগী মমাই কংনা বাংবাচিং অস্থুমনা হায়গনি। লাইনিংথৌ সোরারেনগা লোইনদনা

লাইয়ামগী মরূপনা নোংমাইজিং চিংখোংদা থুংখিবা মুমিং অহুবু লৈশেমবগী অহানবা মুমিংনি হায়দুনা চয়োন তরেংকী অহানবা মুমিং নোংমাইজিং অমুমনা হায়না থংনখি। লাইনিংথৌনা লাইয়ামগা লোইনদুনা নোংমাইজিং চীংদোন তাননা কারকই। মুমিং অহুবু চয়োন তরেং থিরকপদা 'নিংথৌকাবা' অমুমনা হায়নখি। মতৌ অমুম্না নোংমাইচিং চীংদোনদা কারকতুনা অথোবা থুংসু থুংলাইনা চীংদোন থুগাইদুনা ইপাকতা থাদরকই। লৈপাক মপৈ মপৈ কিনথরকতুনা চীংগী লৈশানা ইপাক ফুনজিনখিদুনা লৈবাক লৈছা ফাওগংখি। মুমিং অহুবু লাইগী মরূপ থিবিকনা 'লৈবাকপোকপা' হায়না থংনখি। লৈবাক লৈছা ফাওখিবা মতুংদা লাইয়ামগী মরূপনা লৈননবা য়ুম-কৈ শাখি। লাইয়ামনা য়ুমকৈ সাখিবা মুমিং অহুবু 'য়ুমশাকৈশা' অমুমনা হায়নখি। লাইয়ামনা য়ুমকৈ সাদুনা মুঙাইনা লৈবহুবু উবদুনা চিংদা লৈবা হাও পুমনমক্না কলক মিহৌ পুকচেননা মপুং ওয়দুনা [ময়াম ময়াম] সঙ্গু সঙ্গু তিনদুনা বা তানরকই। লাইয়ামনা লম মুনখিবা তারে তানখোকহৌবনা থোকই হায়দুনা, থোংতেক মিংতাং ফাওবা চিথহৌদনা চিংলোন ময়ামদা লৈরিবা হাও পুম্নমক হূপনা তিললি। মথোইনা নিনখিবা লাও খোংখিবা ইনিন অদুনা মালেম লৈছা থক থক নিকখি। মথোয়না তৌরকপা মরোংদু উবদা, লাইয়ামসু পুকনিংদা অকিবা পোকখিদুনা থৌরপ চাখি। হন্দকতি করমনা থোকলগবা হায়দুনা বাথল তৌনখি। সরোই ময়ামদি মথোই কাখিদুনা থাং তানচিংবা পায়দুনা লান হৌরকই, লাইয়ামবু কৌ‐ সিলকই। হাংলো থিললো হায়বা খোনজেন ইনিন সিমকদুনা

অহিঙ্গা মাইকোই শিন থুংলে। লাইয়ামগী মথক্তা ত্তান নোং চুমগুম লংশিল্লকই। লাইগী মরূপ পুম্নমক্ন খুদকতা শগোন থকত্তা তোংখৎতুনা হাওগী লানমিগা চায়নরকই। লাইসিংনা শগোনমথকত্তা তোংতুনা কোইচেন চেনতুনা হাওশিংগা লান সোকনখি হায়তুনা হুমিৎ অতুব 'শগোলসেল' লমুমনা হায়নখি লান অতুনা সিনখিবা পুম্নমকৌ ঈনা ঈপাক ইরং মতম গুমনা চেনখি হায়তুন হুমিৎ অতুবু 'ঈরাই' হায়না খংনখি। লাইয়াম্না সরোই পুম্নমকপু ওমজরতুনা থাং চামখি হায়তুনা হুমিৎ অতুবু থাংজাম (থাং জ) হায়না খংনখি। মীতৈ লৈবাক লম শেম্বগী বারিদ চয়োন তরেৎনা চুক ওয়তুনা লৈরিবনি। চয়োন তরেৎনা লৈশেমবগী অহানব বারী ওয়বা ময়মনা মীতৈগী অরুবা লাইবা ওইরিবনি। ময়াংগী 'বারি' সোমনদি মীতৈয়োনগী লাইবা ওইবা য়াদে। ময়াং লৈপাক্তা চয়োন তরেৎ থিবসি অভিভাদা থোকইবা অপানবা পুম্নমকৌ চথোক চংসিনগী বারেন মতুং ইন্দুনা চয়োন তরেৎ থীনয়ী। মীতৈ লৈবাক্তা ময়াং লৈবাক্তা মতৌ অমুম্না তৌতুনা খেৎনৈ। চয়োন তরেৎসিনা ওইরকপসি করম্বা মতমদগীনো ইবুঙ্গো ইবেমসিংনা বাখন তৌতুনা য়েংহিউ। থীদনা মশিং লাকপা ওমজ্রবা মতমদা, ওইখ্রবা থোরমনি। চয়োন তরেৎসিনা মীতৈ লৈবাক লম শেম্বগী অহানবা বারীনি হায়বসি তশেং তশেংনবা বানি। চয়োন তরেৎসিনা ওইরকপগী বারী অ'সবু নিংখিনা মথং শিংনা তারিবা মীদা শোইদনা মীতৈ হৌভবগী বারী খংলবনি। মরম অসিনা মীতৈনা নাপন তৌতুনা হায়তৈ, চয়োন তরেৎনা লৈরিতৈদ মীতৈ হৌভমগী বারীবু ইসিন্দুনা থমলুবগী করি মথৌ

লৈবগে! মীতৈবাক্তীদি মহাক মহাক্তী হৌভম সাংবমগী বারীবু চেদা ইশিন্দুনা থমলৈ। মীতৈ ঐখোইগীদি ইশিন্দুনা থমজরবসু চয়োল তরেৎনা লৈরিবথৈদি হৌভম সাংবমগী বারীগীতমক করিসু খিভম চিংনভম লৈতে। য়েক-সলাইনা খাইখিবসু চয়োল তরেৎনা ওইখিবা মতুং কাইনথদা লাইনিংথৌ সনামহী লাইনিংথৌ পাখংবদগী হৌতুনা মীতৈ হায়বসি মথং মনাও নাইনা সনদরকলবনি। য়েকসলাইনা ওইরকপগী বারীসু তুংদা হায়জরকে হৌজিক অসিদা মীতৈ লৈবাকনা ওইরকপগী বারী মখাকপু হায়জখিগে।

৮। মতৌ অমুম্না তৌদুনা লাইনিংথৌ সোরারেন্না লাইয়ামগা লোইনতুনা নোংমাইজিং চীংগী মথক্তা কাদুনা চিংদোল থুগায়দুনা থাদরকতুনা ঈপাক ফুনজিদুনা মীতৈ লৈবাক শেমগৎবনি। লাইনিংথৌ সোরারেননা মীতৈ লৈবাক্তা লাইরৈবাবক অনিমক তুনা পানখি। চীংগী হাও পুম্নমক্তা লাইয়ামবু য়েংখিদুনা অতৈপা লৈতনা লোইরান তারে। লাইয়াম্না উরিবা মহৈ মরোং পুম্নমকপু চীংগী সরোইসিংনা লোননা লাকতুনা হুরাল্লি মহৈ মরোং পুম্নমকপু য়ানথংলি খোংতংলি। অতুগীদমক লাইয়ামগা হাওগা অতৈপা লৈতনা চাইনৈ। হৌজিক্তী মতমদা মীতৈ ঐখোয়না লাই হরাওব কুমৈ সানরকপা মতমদা লাইসিংনা হৌরমবদুগী খিদম চৌদুনা হাওবু তাননরিবদু'ন। মীতৈগী "লাই-হরাওব" হায়বা কুমৈসি কয়ামুক লুপ্পবা বানো', অমসু হৌজিক্তী মতমদনা কয়ামুক লাইখোকপ্রবা মসিগী মরিদা মথং মনাও নায়না তুংদা হায়জরবকে। অমুমনা ওইরিবা মীতৈ লৈবাক লমসিগী হাক্তক্তা হাওসিংগা

য়েংথিনবসিনা লাইয়ামগী পূক্লিংদি ওনখোকনা মুণ্ডায়ডে। ওন-
খোকনা ওলাংনা লৈনৈ। য়েংথিনদুনা মরক মরক্তা লানচায়নদুনা
লৈয়বদি মুণ্ডায়না পালবসু, মতুংদা রায়ক চংবগুব খোকলগনি
লম অসিগী অমতং কিগৈ সেংনদব য়াদে হায়দুনা লাইয়ামগী
মরূপ তিনদুনা রাথন তৌনখি। হাও পুম্নমক কৌদুনা তিনবা
খোক্লে, চন্দক অনৌবা শেম্বা লমসিবু লাই ঐখোয়না হাওসিংগী
দমক শেমবিবা হায়বদুরা, অদু নত্তনা তসেং তসেংনা ঐখোয়না
কংভম খোকপ্রা মসিগী অতাবা অমতং খংবা খোকলে হায়দুনা
হায়নখি। রাথন অসিদা লেপনদুনা, লাইনিংথৌ সোরারেল্লা চিংবা
লাইয়ামনা হাও পুম্নমকপু চরাপ কমসি হায়দুনা কৌখি। লমসিবু
হাও নখোইনা কংভম খোকপ্রা ঐখোইনবু কংভম খোকপ্রা, মাসিগী
কিগৈ সেংনসি। হাওগিসু লাইগিসু অশুম অখৌ পুম্নমক হুপনা
তিনখি। অচৌবা চরাপ অমা কমখি অচুম্বা রায়েন তৌননবা হায়দুনা
'লাইপাংগন'বনা য়াথং পিথখি। লাই পাংগনবা হায়বসি চৌক্কী
মতমদা মহাদেব হায়রিবসিনি হায়দুনা হায়নরিয়ে। মতৌ অদুমনা
তৌদুনা অচৌবা চরাপ কমখিবা মুমিৎ অসিবু 'লাই খুনতিন লালুপ'
অমুম্না হায়নৈ, লালুপসি তিনখিবসি সম্ভবু চৈরাওবগী নোংমা
লৈবিদৈদা তিনখি। লালুপসি তিনকপা মতমদা লাইসিংগা
হাওসিংগা পংথায় হায়নরকই। লাইয়ামনদি, লমসিদি লমলেম
ওয়না লৈরমবগী নৌনা লৈসেমজবনি হায়দুনা হায়, হাওসিংনা মাদু
য়াদে। লাইয়াম্না লোম্না লাকদুনা মনথাক তৌদুনা মুনখিবনি
হায়দুনা খুম্মি। মচৌসানা মখোইগী লমগী মমুংদা লৈজরম্না লমনি
হায়না হায়রকই। লাপুপ অনিমক্তা পংথায় হায়নরকদুনা রায়েন

থাংব ঙমনরকত্রবা মতমদা লাই পাংগনবনা চায়রকই — হকনবগী মরুপ ইবুঙোসিং, লাই পাগনবা ঐনা হায়জরিবসি পুকনিং অমতা ওয়না তাবিউ। হাওগী হওম্বা নখোইনা লমসি নখোয়গী নি হায়তুনা হায়বা ব'সে, মরম অমরোমদা চুমমি। করিনা, লমসি নখোয়গী চিংনা কোইরিবা মমু'দা থোকলে। অদুমনদি ওয়রগা ঈপাক ইশিং মথাদা লৈবলম অদুনদি নখোয়গী ওয়রবস্থ নখোয়গী কানভম থোকতে· অমস্থ ইশিংনা ওয়না লৈখ্রবদি মাতু নখোয়গীদি নরাননি। করিনা অদুদৈদা ইরাই লৈমনা মাথ কোংতুনা লৈবিচৈ মতমদা নপুথৌসিং অমনা নাকতা চংজরুহদা ইরাই লৈমনা সাওতুনা কংসি সিরো হায়তুবা মিচৈ পিরকপা মতমদা কপচা লাওজতুনা লৈশি লৈথোনলকপা মতমদা, হয়েং ঐনা চিংজুম ইরু ইচেন ওয়না চেনথরকপা মতমদা, খুজোপ য়াতুনা থকচৌ হায়খি। অতুদগী হৌতুনা ইশিং ঈপাকপা নখোগা লানথিনথি। হন্দক নখোইনা মুম্নরিবা লমসি মচিদৈদা ইশিং ঈপাক ওয়না লৈরম্মি হায়বসি মুমিং-থানা উরিবনি অমস্থং মৈ, ইশিং, মুংসিং লৈপাক অতিঙা মঙানা থংভিবনি। লেংবা য়ারমোইদবা বানি। অমস্থং নোংমাইজিং চিংনা নথোয়গী মাইথুম ওয়তুনা লৈরম্বতুবু হৌজিকী মতমদি মাইথুম হাংখ্রে। নোংমাইজিং চীংদোনগী লৈশাঙ্গুবু মকম কদায়দা তিনথবগে বাখল ভৌতুনা য়েঙু। অসি পুম্নমক থুদম লৈবসিনা লমলেম ওয়না লৈরম্মি হায়বসিনা অরেপপা বানি। য়েলহৌদৈদস্থ লমসিংগীদনক লৌরি ঙমথৈ অমা থমনখিবা লৈতে। চৌজিক অসিদা লাইয়াম্না চিংদোন লৈসা লাথাতুনা শেমখ্রবা লমসিংবু নখোয়গীনি হায়তুনা হায়বা বা'সে লাইয়ামনা লৈশেংক.মজ্র বা|দ

মখোয়না নখোয়গীনি হায়দনস্থ, নখোয়গী থৌ কানবা মকমদি ওইরম্মোয়দবনি। হৌজিক অসিদা নখোয় ফুরূপ অনিনা লমসি মুননরিবসিদি মুম্বিং থানা লৈরিবা মথৈ লোয়সিনবগী মরি মথোং উদে। অসোমদা নখোয় ফুরূপ অনিমককি বাসে থৌগনবা ফুরূপ অমা লৈরি। মতমনা কুইরকলদুনা মচাগা মশুগা মামথংলকতুনা লৈভম মকম লৈরকত্রে। মখোইগী লৈভম অমতং ফুরূপ অনি নখোয়ন: পিবিবস্থ থোকত্রে। অশোমদদি মখোয় নখোয়ন: শাগীদা লানগীদা অরাম থৌরাং নঙকতুনা হকচাং মনথরকলবা, বারকলবা মতমদা, ইসৈ থৌগনবা মরূপনা মখোয়গী মুংসিবা; থোনজেন্না নখোয় নখোয়গী নত্তিক নয়ায় থাগৎতুনা শকপ ইশৈ অদুবু ভারগা অৱা অনা কোকতুনা হকচাংদা পাঙ্গন ইচিক হুল্লিবনি। মখোয় অসিগীদমক ফুরূপ অনিগী অঙম্বা নখোয়না করি অমতা তমবিখিত্রি, হৌজিকস্থ করি অমত। তম্বিত্রি। মরম অদুনা ঐনা মরক্তা থায়দুনা হায়জরিবনি। হন্দক্তা লম অসিদি ইশৈ থৌগনবা মরূপ অসিদা শীকম থোকই। লাই পাঙ্গনবগী বায়েন তাবদা লাইগী মরূপ, হাওগী মরূপ, মরূপ অনিমকস্থ চেক-থোক লাওদ'না ভুমিননা লৈনখি। কললমিহৌ পুকচেল্লা মপুং ওইরিবা হাওশিংনা, লাইয়াম্না লম কংলোইদবা মতাংদু উবদা মবুকনিংদা ওনথোক্লা কলক পেনখি। অতুমক্তনা মুঙাইখিদুনা মথোই কানা লাই পাঙ্গনবগী বায়েন চুম্মে হায়দুনা লাওখি। ভসিদগী হৌদুনা লম অসিগীদমক ইসৌ লাংনরম্মুসি হায়দুনা হাওগী অঙম্বা পুন্নমকনা মতম কুইনা তম্পাক্তা লান তাখিদে। লাই পাঙ্গনবনা য়েনখিবা বায়েনসিদি য়াম্না অরুবা বায়েন অমনি। ওনথোক্লা লাইনা হাও

পুম্নমকপু থেমজিনখি। হাওশিংনদি ওনথোকনা হরাওনা য়াখি। অসোমদা লাইয়ামগীন্নু পুক্নিং তপ তাখি। লাইয়ামগী পুক্নিং তাখিবা মরমদি, ইশৈ খোগনবা মরুপ হায়রিবসিদি, লাইশিংগীদি মশানি, শাগৈ সলাই অমত্তনি। মখোয়সিদি লাইশিংগা লোইনদুনা লাইশিংগী মরক্তা লৈদুনা লাইশিংগা চারৌ মৌরৌনদুনা, সোরারেন লৈবাক্তা অদুমক লৈরিবনি। অদুনা, মহৌসাগী মহৌসা লমদি লাইশিংগী মথুংতা অদুমক লৈহৌরে। লাইনিংথৌ সোরারেনবু মিরাইদুনা ইশৈ খোগনবা কাংবুনা মীতৈ লৈবাক লমসিদা মখোয়না নিংথৌ ওয়না পানগে হায়বা লৈ।খদে। লাইনিংথৌ সোরারেননা হানগী মতমগুমনা মীতৈ লৈবাক্তা অদুমক নিংথৌ ওয়না পানখি। ইবুঙো ইবেমসিং, থোবান তোমজিনরোমদা লাইনিংথৌ সোরারেনগী থাইনগী কোন্নুংনি হায়দুনা হৌজিক কাওবা লৈরি। ইশৈ খোগনব মরুপস্তু ভম্পাক লমজাও অনৌবা শেম্বা মীতৈ লৈবাক্তা লৈহনখি। মতৌ অস্তুম্না তৌদুনা লাইয়াম পুম্নমকনা হাওশিংগী লোইরানদগী অবাবা লেলদনা, লৈপাক মরা তপনা মুত্তাইনা পানখি।

৯। লাইনিংথৌ সোরারেননা লাইরেবাক্তা মীতৈ লৈবাক্তা অনিমক স্থপনা পানখি। মীতৈ লৈবাক ভম্পাক্তা মচা অনি ফংখি। মহন অদুনা সনামহী কৌয়ি, অতোনবদুনা পাখংবে কৌই। সনামহী, পাখংবা অনিনা পোকখিবগী মায়ৌ অসিদি পুয়া অমদা তোপনা লৈরে। পাখংবা, সনামহী হায়রিবা ইবুঙো অনিসিমক অচম্বা নত্তে; তেংবানবগী মপু ইবুঙোগী য়েং-ওয় সকতুনা তাইবং-পানবদা সারোন (অবতার) ওয়না পোকলরবনি। সনামহী হায়রিবা ইবুঙোসিদি লৈমরেন সিদবীনা পোকপা নত্তে। চক্ষু

অহিংবগী মঙ্গুংদা ফংবনি, লৈমরেন সিদবীনা য়োকখিবনি হায়রুনা পুয়া অমদা হায়রিয়ে। মরম অদুনা ইবুঙো মহাকপু মপোক লৈতবগী সাগৈগনি হায়না খংলৈ। পাখংবা হায়রিবা ইবুঙোসিনা লৈমরেন সিদবীনা চেক পোকপনি হায়না হায়নরি। মতিক ময়াই চাওবা মচানি হায়বা খংদুনা লাইনিংথৌ সিদবনা মচা সনাং মহৌবু অচৎ চৎত ত্তাইবং সেম্মু হায়রুনা য়াথং তৌখি। য়াথং মতুং ইন্দুনা সনামহীনা তাইবং সেমখি। নাপী-শিংবী উরি উপান, ছা-ঙা, ককচেং খোয়া পুম্মক সনামহীনা শেমলকপ মতমদা, মনাও পাখংবনা চেক চেক থুগায়। সনামহীনা মপাবুং লাইনিংথৌ সোরারেন সিদবগী মকমদা বাকৎলকপা মতমদা, লাইনিংথৌ সিদবনা মশাদগী নিংথিজরিবী মুপী মচা অমা পুথোকতুনা পাখংবগা সানহনখি। মতম লালহাং অদুদা অমুক হনলা সনামহীনা অচৎ-চৎত পুম্মক সেমখি। লাইনিংথৌ সিদবগী মমি য়েংদুনা তাইবং মী হায়বসি সনামহীনা সেমখি হায়রুনা তাইবংমী হায়রুনা হৌজিক অসিদা খংনরিবনি। সনামহীনা পুম্মক শেমমকপা মতমদা 'ঙামু' হায়বসিনা তাইবংমী য়োকপা। ওয়সম্মু হায়রুনা য়াথং তৌখিবা মরমনা, হৌজিক ফাওবসিদা ঙামু অসিদা অনা-অয়েক পুম্মক্কী লাইনা কোক্কনবা চিঞ্জাক ওয়নরি। ঙামুনা মীতমঙা ওয়নরি। হঙোয় হায়বসি অহানবদা সেমখি হায়রুনা হঙোয়না হৌজিক কুম তম্লিবসিনি। মরম অমদগী অতোনব ওয়রবস্তু পাখংবনা মপাবুংগী ফমবান ফংখি। লৈপাক ঙাকখি। ময়াম্বুং সনামহীনা য়ুমবুম থুদিংগী নিংথৌ ওয়খি। মচিন মনাও অনিনা অসুমনা থুম্ভম ফংনখিবসিগী বারীদি পুয়া অতোপ্পা অদুদা লৈরে। লাইয়িক অসিদদি অদুপ য়াম্নু সন্দোকল্লে।

মরমদি পাখংবা, সনামহী অনিমককি বারিসি হৌজিককি নতমদা মীতৈ ঐখোয়গী লুরবা লাইরা ওয়ত্রে কোংদোকপ য়াবা খরতং কোংদোকচরবনি, বাহৈ হেনজিনখিবা তরানা তাকপিউ। অসুম্না ওয়রিবা সনামহী, পাখংবা হায়রিবা অনিসিদি তেংবানবা মপুগী সায়োননি হায়দুনা মীতৈ পুম্নমকনা হৌজিক কাওবসু ইরাংনরিবনি। লাইনিংথৌ পাখংবনা য়েক তরেং, সলাঈ তরেং পোকখি। (১) খুমন, (২) লুবাং, (৩) মঙাং, (৪) অঙোম, (৫) মোইরাং, (৬) খাঙানবা, (৭) সরাংলৈসাংথেম। তুবী লাইরেম্বচিংবা তরেংনা সলাই তরেং কৌই। য়েক তরেং অসিদগী মহাক মহাককী থৌরম মতুং ইনদুনা সাগৈ পুম্নমক থোনখি। য়েক তরেং অসিদগী সন্দোরকদুনা হৌজিককী মতমদা মীতৈ ঐখোয়না য়েক তরেং থায়না পালিরসিনি। পাখংব পোকত্রিবৈ মমাংদা লৈরম্ব পুম্নমকপু য়েক তরেংকী মম্তুংদা, মহাক মহাকনা পাম্বা য়েকতা তোংখি। পাখংবগী মখাদা, খুমন পীবানা নিংথৌ ওইখি হায়না হায়রি। অসিগী তুংদা মথং মনাও নায়না নিংথৌ ওয়রকপা মতুংদদি খুংকনবনা নিংথৌ ওইরে। নিংথৌ য়োনগী বারী লৈরিবা পুম্নমকনা খংনভমনি। মীতৈনা হৌরকপবু মতৌ অসুমনা তৌদুনা হৌরকপনি। মরম অসি মীতৈবু লাইনিংথৌ সোরারেনগী মচা মসুনী হায়না মীতৈ পুম্নমকনা খংনরিবনি। অমসুং লাইনিংথৌ সোরারেননা কোনথোজমগী লাইরেম্বী লৌরমদুনা লাইনিংথৌ কোরিকাব পোকখি। অনিমকী খুত্তম লাইকমসু মীতৈ লৈবাকী সন্দোং পাংবদা হৌজিক কাওবা লৈরি। কোনথোজম লাইরেম্বীদগী হেনদুনা, লাইরেম্বী লিশিং

অমস্থ লাইনিংথৌ সোরারেননা লৌরমমি হায়না হায়নরি। তাইবংজম লারেম্বী, লাইশ্রম লাইরেম্বী অসিনচিংবা লাইরেম্বী লিশিংনি। অসিনদি মীতৈগা লাইনিংথৌ সোরারেনগা নকনবা ফুরুপনি হায়বসি তসেং হসেংনা থংলবরানি। অমস্থং মীতৈগী মরোং সকতমসিবু থাইনদগী হৌদুনা ওয়রকলবা মরোংসকতমনি। ইপা ইপু অহানবহুদগী হৌদুনা ওংদম সাদমসিবু মথং মনাও নাইনা ওয়রকতুনা হৌজিক ফাওবস্থ সকতম মরোংদু লৌদুনা মচা মস্থ তারকলিবা হৌজিক ফাওবস্থ সকতম মওংদু লৌদুনা মচা মস্থ তারকলিবা ঐথোয় পুমমক ওইরকলিবনি। মীতৈনা হৌজিককী মতমদা লোলিবা মরোনসিবু পাইরকতুনা মরকতগী তোংলব নত্তে। লৈশেম ফুংশেমবদগী হৌদুনা লোননরক্লবা মরোমনি। মীতৈগী সকতম মিংলৈ নারৈবু মুংবদবগী থোইদোকপা মরম লৈতে। অসিনদি সকচু মানদবা, লোনলি তিনদব মীরৈবাকী মীশিং অদুগী মপা মপু হৌভমগী ৱারী অদুবু, মীতৈ ঐথোয়গী ইপা ইপু হৌভমগী ৱারিনি হায়দুনা করমনস্থ হায়রসিগে ? ৱা ময়াম লৈত্তে অতিঙাগ তস্তনা উনদুনা কো:রী লাইগী থোগনবু তস্তনা তৌরিবা চিংলোন মরোন ময়ামা কোইসন্দুনা মীরৈবাবগী তোঙাননা লৈরিবা মীতৈ লৈবাক হায়রিবসিগী হৌভম ৱারী লিথুন অদুতনা মীতৈ হৌভমগী ৱারীনি। মথক্তা হায়জরিবা সনামহী, পাথংবগী ৱারীসিনা মীতৈ হায়বসিনা ওইরকপগী ৱারী ইসেং শেংবনি। মরমসিনা মীতৈ ইপা ইপুশিংনা লাইনিংথৌ সনামহী লাইনিংথৌ পাথংবা হায়রিবসিস্থ ওনথোকনা লুনা তৌনরকলিবনি। লুনা তৌরমমি তৌরমদে হায়বা খুদম থংনকমদি মীতৈ লৈবাক অসিদা

হৌজিক হৌজিক হাওশিংনা লান তারকতুনা ইপা ইপুশিং অদুবু লৈকম চাকম থংনদনা কয়াগী মতিক অবানা পিখ্রবনি। অমুক অমুক হাওনা তানথায়রকপা মতমদা কনাগুম্বা মতু শোনবা ইপা ইপুশিং অতুনা য়ুমদৈ মমা মপা, মতু মচা, মচিন মনাও, সন-গক পুম্নমক মকম ময়াং থংদনা চেননরকপা মতমদা লাইনিংথৌ অনিমক্কী খুবমতাদি শাগোম্লনা পুহুনা মকম ময়াং থংদনা চংখ্রবনি। মতৌ অসুম্না তৌতুনা ইপা ইপুনা ওনথোকনা লুনা তৌরম্বা লাইশিং অদুবু হৌজিক্কী মতমদা মীতৈ ঐথোয়না মতৌ করমনবু কাওরসিবা !

১০। মীতৈ লৈবাক্কী মাইগৈ চিথেক ময়িমক্তা লৈরিবা লমমিং তুমিং থরদং হায়জগে। (ক) নোংপোক পাংবদা— ইতৌরোক, কোংময়, নোংমাইজিং লাইকমনচিংবা; লৈরে, পনম নিংথৌগী যৈ হৌজিক কান্দবা চাকতুনা লৈরি। (খ) খা পাংবদা— চীংঙুংঙুৎ, সুগনু, বাংদুরেন নিংথৌ, মীতমউ, বায়খোং লাইকম, লাইরেম্বী সিদবীগী শায়োন ওইরিবী ইবেমা খোইবীগী য়াথং মতুং ইনতুনা হৌখিবা লৈহৌরা লায়োম, মনিং মমাং ওয় হৌখিবা চৈসু, থৌবান তোমজিন সোরারেনগী থাইনগী কোম্বু, বায়থোপাং, লিলোং থোংজাও, লাংথবান কোম্বুং অমনবা অসিনচিংবা লৈরে। (গ) সন্দোং পাংবদা——তৌরবুং, কোবাকতা, লোকতাক, লমাংদোং, নম্বুল লাইনিংথৌ কোয়ীকাব, কোনথৌজম লাইরেম্বী মচিন মনাও চিংলক অসিনা চিংদনা লৈরে। (ঘ) নোংচুপ পাংবদা——কাংচুপ খুল, লমশাং কৈথেল, শগোলপল, উয়ীপোক লমখেন, তাকয়েন পাংচাও, অসিনচিংবা লৈরে। (ঙ) অবাং পাংবদা——লাইরৈবাক কৌব্রু, কাংপোকপি, সেকমাই, লাংগোল

চীং অশিরম, খোংহামপাৎ, মকোই মুংগোইচীং অসিনা চিংজুনা লৈরে। (চ) অবাং নোংপোক পাংবদা——খোরখুন, সওমবুং, খোংনাংখুন খুরাইনচিংবা লৈখ্রে। (ছ) মৈরম পাংবদা——পলেন, লৌসিপাৎ, খুনদাচিং, খোমজোম তুরেন রাংজিং কোমুং অসিনচিংবা পুম্নমক হৌজিক ফাওবা লৈরবনি। অসি পুম্নমক লৈন লৈনা মীতৈনা হৌভম থিবা ফংদবা হৌনদে। হায়খ্রিবা লম পুম্নমককী মমিংসি মীতৈরোন মকতনা খোলিবা মিংখোননি। অতৈ অতৈ মীগী মরোননা খোনবা মিংখোন অমত্তা য়াওদে। মরম অসিনা মীতৈ লৈবাক হায়রবসিতনা মীতৈগী হৌভম মকমনি হায়রবসি তসেং তসেংলবা বানি।

১১। মীতৈ লৈবাক অসিবু, মীরৈবাক্তা লৈরিবা মখল মখা য়ামখ্রবা মীশিংনা, মহোই মহোইগী মরোন মতুং ইনজুনা মহাক মহাকনা খোননিংবা মিংখোনবু খোনখি। কনা অমনা মোগলী, কনা অমনা মোগলাই, কনা অমনা মোগলৌ, কনা অমনা মেখলী কনা অমনা জঙ্গলী, কনা অমনা খায়মাটি, কনা অমনা কুশী, অসুম্না হায়জুনা অয়াম্বা মমিং খোলি। মীতৈ ঐখোয়না মীতৈ লৈবাক হায়না খংজে। হৌজিকতদি মণিপুর হায়রগা পুম্নমকনা খংনরে। মীতৈ লৈবাকপু মোগলী হায়না খোনবিরিবসিবু চীংদা লৈবা মঙ্গোলিয়া হায়রিব ফুরুপ অমগী মচা মপুনা লৈজম মকমনি হায়দনবু হায়রিত্র, খোনবিরিবা মী অজুনা থজি। খোলি খোলিবা মমিং পুম্নমক অসিসু খোনবিরিবা মী মী অজুনা থজি। অদুবুদি, মণিপুর হায়রিবা বাহৈ সিমক মীতৈগী মরোন নত্তে। মখাং মরোন ওয়গনি মখাং মরোন নত্ত্রে সংস্কৃত মরোন ওয়গনি। সংস্কৃত মরোন

লোনবগী করিস্থ থংনভম খুদম কংদে। অহন লমন লাইসিংনা লোননয়ম্বা মীতৈয়োনদা সংস্কৃতগী মচেৎ অমতং য়াওই হায়বা খুদম কংজদে। অসিনদি, মীতৈনা সংস্কৃত ময়োল লৌখংদুনা মীতৈ লৈবাক 'মণিপুর হায়না মমিং থোংলুগদবা করিস্থ মরি মথোং উজদে। সংস্কৃত ময়োনগী মনম কংদবা চিংগী হাওসিংনদি মীতৈ লৈবাকপু 'মণিপুর' হায়না খোলুগদবা করি মরম লৈতে। মণিপুর হায়বা ৱাহৈসিনা ময়াং ময়োন ওয়রবদি, ময়াংনা খোনখিবা মিং-খোননি হায়রবসি, অয়েক্পা ৱানি। মচিন্তৈদা য়েংলোম ওয়রম লম্বি কাওদ্রিথৈ মতমদদি মীতৈ লৈবাকপু 'মণিপুর' হায়বা মিংখোনসি খোলমদে হায়না অথংবা অহৈব ইবুঙোসিংনা হায়রৈ। মাসে, অচুম্বা ওয়গনি। নিংথৌরেন ইবুঙো থাগেম্বগী হাকতকতা, মীতৈ লৈবাকপু 'মণিপুর' হায়না খোনখি হায়না অহনসিংনা হায়রৈ। অমস্থং নিংথৌরেন ইবুঙো অহুগী হাকতকতা ময়াং হায়বসি মীতৈ লৈবাকতা খোকখি হায়না তাইজে। ময়াংনা মীতৈ লৈবাকতা খোকখিবসিদি, মথোইগী লাইনিং লমচৎপু মীতৈ লৈবাকস্থ চৎহনগে হায়দুনা তৌখি হায়না লাইরিক লাইস্থ হৈবা ইবুঙো ইবেমসিংনা ওনথোকনা থোইনা হায়নরিয়ে। মপোৎপু শিংননবা হায়দুনা থাগৎচবদো হৌনবিনি, মাদুবু তাথিরবা য়াদে। মীনা থাগৎলগা থাজরুরিবা মী অদুতনি অপংবদি। মতিক ময়ায় য়ামনা থ.গৎপা হিদাক অদু লৈদুনা চাক্করগা য়ামনা কানরমবস্থ য়াওরি, হ ওয়রম-দুনা হিদাকতু চাক্করগা কয়া নংমবস্থ য়াওরি। মাহুগী লায়কোকননবা হোংনবদা সেনগী মথৈ কয়া লংথোকনৈ। ইখুংনা সেমজব হিদাক নত্রবস্থ অনাব করবদি ওনথোকনস্থ কানৈ। তাইবং পানবসিদদি,

মীওইবা চায়থা অসিনা অমত্তা চেক মাবদে। নৈপাক অমগী মীগী মরি মতাংগা। নৈপাক অতৈগী মীগী মরি মতাংগা মাদে। অমনা মায়না চাওই, অমনা ওনথোকনা পিকই, পোলপি। মরি মতাং চাওবা মীদা চৎনবা হিদাকতু মরি সোনবা মীদ: থাক্সবদি সিবনা অচুমক লাইকোকপ চায়বতু ওইজরে। মরি মতাং চাওবমীদা থাক্সবদি মুংদা ইশিং চাইবগুমনা থোকই। হায়বদি—কানদে। মহাকদিদা মায়া কৈ হায়হুনা থাগৎপ হিদাকতু ঐতোন্দা কানদবগা ঐনা লৌনিংতুদে। অচুগুমনা মমাং মরোননা লাইনিংবসিদা মীতৈ ঐথোয়দা কানৈ কানদে চায়বসি মীতৈ ঐথোয়তনা থকতম থোকই। ঐ ইতোমতগী বাথনদদি মমাংগী মরোন থংজবা ময়মনা ওনথোকনা কোইবা থবক অমা ওইরে হায়না থনৈ।

১২। মীতৈ ঐথোয় অসিবু কনাগুম্বা হাওনি হায়না নিংঙি। করিনা, মীতৈ হায়বসিনদি চিংনা কোইরিবা মকমদগা নৈরে, সকমাই য়েংবদসু চীংগী হাওগ মমানবৈ। অচুমবদি ওইরগা মীতৈ ঐথোয়না হাওবুদি হাও হায়রি। করিনা, মীতৈ ঐথোয়না থংজবা অমা নৈদি, মিংনৈ নাহৈ তুহৈ তুথোংদা হাওগ মীতৈগা মানবা চৌনদে। ঐথোয়না হাও হায়রিবসিবু অতোপ্পা নৈপাককি মীনা পাহাড়ীয়া, নাগা, কুকী অমুয়া হায়। হায়বদি,—চীংদা নৈবা অচোপ অরেন থংদবা অতোমবা মীনি হায়জুনা হায়বা বানি। মীতৈসিবু চীংথকতা নৈবনি হায়রবদি অরানবা বা অমা য়াওরে। করিনা, চীংনা কোইসিনজুনা নৈ হায়বদনি, মীতৈগী নৈকম মীতৈ নৈপাকতি তম্পাকনি। মীমা চীংথকতা নৈবনি হায়বজু মীতৈ ঐথোয়না করি হায়না অতোনবা ওইজগদগে ? চীংদা নৈবগা হাও

অতোনবা ওইরবদি, চীংদোনদা লৈরিবা লাইনিংথৌ সোরারেনবু হাও ওইগদৌরিব্রা ? মীতৈদি সোরারেনগী মচা মশুনি। অমস্তুং ‘ইন্দ্ররাজা’ হায়রিবসিবু মীতৈ ঐখোয়না লাইনিংথৌ সোরারেন হায়রিবসিবুনি হায়দনস্তু হায়নরি। তম্পাকতা লৈরিবা অচৌবনি হায়রিবা ব্রাহ্মণনচিংবা পুম্নমকনা ‘ইন্দ্ররাজা’ হায়রিবসিবু ইরাং তৌনরি। অসিনদি লাইনিংথৌ সোরারেন হায়রিবসি ব্রাহ্মণদগী অতোনবা ওইরোইদবালে। মীতৈ হায়বসিদি সোরারেনগী মচা মশুনি হায়বসি সোইথিদ্রবা বানি। কনাগুম্বনা মীতৈবু হাওনি হায়ঙ্গনা হায়বসি থংদদনা হায়জবা বানি। অদু নত্রে কলক পেনজবা বানি। তম্পাকতা লৈ হায়ঙ্গনা পুম্নমক অচৌবা নত্তে। অতোপ্পা হাওশুম্বা পিকথনবা লৈরিবনি। অদুগুমঙ্গনা চীংথক্তা লৈবা পুম্নমক হাও অতোনব নত্তে। মীতৈ হায়ব স তম্পাক লমজাওদা লৈরিবা মীশিংগস্তু কয়িস্তু মরি মতাং থোক্করোইদবালে, ময়াংনচিংবা তম্পাক্তা লৈরিবা অতৈ অতৈ ফুরুপকা সক-চু মায়দে লোনজিস্তু তিম্নদে। মরম অসিনা মীতৈ হায়বসি পুম্নমকসিদগী অতোপপনি হায়বসিনা অরেপ্পা ওইগনি। মীতৈ হায়সি মতৌ অমনি। হাও-শিংনা চীংথক্তা হৈনৈ, মীতৈ ঐখোয়না ঈশিং মপান নত্তনা লৈবা ঙমদে। করিনা, মীতৈ হায়বসি য়েলহৌহৈদগী হৌঙ্গনা অসেং অমাং অরু অহেন থংনা পালকপা ফুরুপ অমনি। লমচৎ ফজ্জদবা, চাকচা মোৎপ, অসেং অমাং, অরু অহেন থংদব, চীংস্তু মাঙ্গংদা লৈব মীহুবু ঐখোয়না হাও হায়রিবহুনি। হাওশিংসিস্তু লাইনিংথৌ সোরা-রেনগী মচা মশুনি হায়না বাগশিংনা হায়রিয়ে। মীতৈগা মখোয়গা মমা তিম্নদে হায়হুনা হায়। হাওগী হৌভম বারীসে তোওাম্না বারি

অমদা লৈরে। অসুমনা ওইরিবা মীতৈ অসিগী মসুংদা, নোংদম্বা লাইগী খোংদৈন অমদগী হাওনাইদগী ওনখংলকতুনা লৈবনা অয়াম্বা ওয়রে। অদুমনদী ওইরগা মীতৈ পুম্নমক হাওদগী ওনখংলকপনি হায়বদি য়াদে। হাওদগী ওনখংক্লকবদি হাওরোন লোনগদবনি। মদুগী পরেংদি লৈতে, অদুনদি মীতৈ হায়বসি অতোপ্পা ফুরুপ অমনি হায়বসি ওইরবা ৱানি। হাওশিংনা মখোয়দা তাংজদনা মীতৈ ওয়খি হায়বসি অচুম্বা ৱানি। অসুমনা মীতৈদা তাংজখিবা হাওশিংদুসু মীতৈগী চম্নু নিঙোন লৌদুনা মচাম্সু সনখ্রিবনি। মচা মশু পুম্নমকসু মীতৈ নিঙোল লৌথোদনা অমত ওয়রবনি। পুম্নমক চপ মানরে। পুম্নমকসু অক ফত্ত থংবমকতা ঙায়রে। পুম্নমক পুমনেং সেংব ম্নাদা ভারে। অদুনা হৌজিক অসিদা মসিগীদমক থিনবসি চুমত্রমালে হায়না নিংদৈ। অসুমনা তোরোংনাখিবসে মচিন্দৈভদা লাই ওইদনা লৈরম্মবা ইবুঙো ইবেম্মসিংগী হাকচাং লৌখংতবা য়াদবা মতাং অমা ওইখিবননি। মতম অদুগী ওইখিবা ইথকনা কনখিবননি। হৌজিক অসিদদি লম লাল্লুদবনা পামদৈ করিনা, মীতৈগী করিসু অৱাংপা লৈখিদ্রে। লম লাল্লুবা হায়বসি ফুংদ য়ামনা ৱাকাই লাকই চাস্নৌ খোরোনবদগী তোরোংনরকই। তোরোংনরকপদগী লৈপাক মাঙঙী।

১৩ হৌজিক অসিদদি লৌশিংতনা পাল্লবনি। থাইনা মতম অমদা অরেপ্পা বা হায়বনা চংনবী ওইরমমি। অদুগী ভুংদা পাংগল কনবনা নিংথৌ ওইরম্মম। অদুগী মতুংদা লন লৈবনা মথক ওইখি। হৌজিক অসদাদ থংনৈহৈদা লৌশিং শিংবতনা য়াইকবা ওইরে। হৌজিক অসদা মহৈ থশিংবু চৈত্রবদি ৱারি য়ামনা

তাত্রবদি, লৈবাক কোইত্রগদি লমিং তুমিং থংত্রবদি, পানবা য়াদবা মতাং অমনি। থাইনদগী হায়নরকই, তৌনরকই হায়রুনা মচুদা পায়দনা লৈবা চুমত্রে। করিনা থাইনা হায়নরম্বা তৌনরম্বা পুম্নমক হৌজিক অসিদা য়ামনা তৈনরে, লৈথেক হাপখিবনস্থু কয়া ওইরে। বাহৈ মপুংচুস্থ মাংখিবনা কয়া ওইরে। থাইনগী বানি হায়বচু হৌজিক অসিদা লেপকনি হায়বা লৈখিত্রে। হৌজিক অসিদা চংনরি-বসিগা য়েংনরগা চংনবা তিনসিনবা য়ারবদি থাইনগীদুস্থ হৌজিক অসিদা চংনবা য়াগনি। অচু তৌদচুনা থাইনদগী তৌরকলবনি হায়রুনা তুং-মাং য়েংদনা চংলবদি মী অমনা মী অচুমু অপঙবা ওইনা উবিরে। চংনবী হায়বসিনদি, মতম অচুগী মকম অচুগী ঈশিং ফুংশিংকী মতুং ইন্না চংনখিবমকতনি। হৌজিকতি ঈশিং ফুংশিং অচু মচু অমা ওনরে, লমগী মহাওস্থ কমরে। থাইনদৈদা নোংমা সুরগা তরানি চারমথি, হৌজিক অসিদদি তরানি সুরগা নোংমত্ত চারে। অচুনদি থাইনা তৌরম্মী হায়চুনা হৌজিকস্থ অচুভা তৌচুনা লৈরবদি পানবা য়াবা মতাং থোকত্রে। পীকইদৈদা কি থোলমদে চাওরগা কিজোনসি মবোন মবোন তৌরকই। চহি থুদিংগী, কুমজা থুদিংগী লৈতেংসি মবোন মবোন হোংজিবমকতনি। থাইন হায়বসি অতাং ওইবগী মতম ওয়নি, হৌজিক অসিনা বাথন তারকপা, লৌশিং লৈরা করকপা মজমওয়নি। চীংমা তাম্পাককা মানত্রে পাংকুংনা অতোংবা ওইরে। অসিগুম্বসিদি কয়া ওইরে কয়া ওইরি কয়া ওইগদবস্থ লৈরি। থুচুপ তরা তোথরগা লৈফুংদা, থাইনা অহনশিংমা সৌজিনরম্বা চফু অকায়বা, কোনজীক লৈরং মুমভম চেকপন, লাইশং ফুংগী লাইনচিংবা লৈতৌবা মতমদা কংনরী।

অসুম্না লৈমুংদা থাইনগী থুদম থংনরিব মকমদো, থাটন মতম অমদা ইপা ইপুশিংনা লৈরম্বা মকম্ম চায়দুনা ঐখোয়না হৌজিকপু লৈমুং অদুদা চংদুনা লৈরুবায়াব হৌনদে। মপাদি লৈরাইদা ওনথদনা শিগ্রে মচাসু মকম অদুদা ওনথদনা শিরুদবা য়াদে হায়বা লাইগী বায়েন করিস্সু লৈতে। ভাইবংপানবদা চংনরম্মী হায়বা করিস্সু পবাপ লৈতে মরম অসিনা উভায় লাংলো চাদনা মরক্তা সাথিবা বাবু ইপান ইপুনা হায়রম্বা ওইরবসু মতম অদুতগী চংনবী ওইদুনা হৌজিক অসিদা চংনদবা ওইরবদি মতুং মী অমনা অঙাওবদা তাহল্লি। হোংদোকপ য়াদব শাগোম্নব হায়বা অমা লৈত্রে। চয়োন তরেং হায়বসি মীতৈগীদদি হোংবা য়াব পরেং থোক্তে। মীতৈগী মশাগী কোম্নরবগুম্বনি। মীতৈগী য়েক তরেং, সলাই তরেং হায়রিবাসসু মীতৈগী মশাগা কোম্নঞ্চবনি। শাগোম্নব হায়বসিদি মশাগা অমত্তনি। উরোক্না কাংঙা ওইবা য়াদবগুম্না মশাবু হোংব য়াবা হৌনদে। চংনবা হায়বসিদি মতম অতগী ইথক্লি। ইথক অদুনা লোইঞ্চগা ইথক অনৌব অমা শোয়দনা লাকপা ময়েক্লি। অদুনা ইপা ইপুনা চংনরম্বা ওইরবতু মতমগী ইথক য়েংদনা হোংবা য়াবা মথৈ হোংদোকপদা ঐখোয়না করিস্সু লৈখা তারুগদবা লৈতে। চংনবী হায়বসিদি হোংদোক হোংজিন তৌদনদা লৈরিবনি। মতম অমদা ভারতবর্ষ সিনবা থুংনা "বৌদ্ধ ধর্ম্ম" লৈরম্মী। বৌদ্ধ ধর্ম্মগী মতুংতা 'রামানন্দী'নচিংবা লাইনিং লমচং চংনখি। অদুদগী 'শাক্ত, শৈব, গনপত্য, বৈষ্ণব' অসুম্না হায়দুনা অয়াম্বা লাইনিং লমচং চংনখি। মহাক মহাককী লৈকম মকমদি হোংদোকউবগী করিস্সু মথৌ লৈখিদে। অদুগুমদনা মীতৈপা সাগোননরবা য়েক

সপাই, চয়োন চরেং অমত্তু মীতৈ লৈবাক্তা তুরেন লাবা অয়োম ত্তু-খোং পাংনচিংবা লমমিং তুমিং পুম্নমকসিনা লৈরিবদা মীতৈ হায়রিবসি কনানো হায়দুনা খিনরকপদা খোইদোকনা বাক্লগদবা মরম লৈতে। পকচক্লবা তাংজক্লবা হায়বসিদি তোঙানবা বানি। মহাক্তা হৌভম সাংকম থিবদি থবা বাকম খোকই। মীতৈ হায়বসি মীওোন্দা পকচ তাংজক্লবা ফুক্লপত্তি খোকতে। অতুনা, মীতৈগী হৌভম সাংকম থিক্লবদা ফংলোইদবা কয়িত্তু মরম লৈতে। মীতৈগী হৌভম সাংকমদি তসেং তসেংনা লৈরিবনি। মীতৈনা মমাংদা লাইনিং লমচৎ তাংজক্লই হায়দুনা, মমাং ওইগদবা লৈতে। মীতৈ ঐখোয়না মমাংগী লাইনিং লমচৎ লৌক্লই হায়দুনা মমাংগী মপা মপুবু ঐখোয়গী ইপা ইপুনি হায়বা য়াবা বা নত্তে। লাইনিং লমচৎ হায়বসিদি মতম অতুগী চৎনবীনি। মতমগী ইথক মতুং ইন্না হোংলিবমক্তনি।

১৪। লাইনিংথৌ সনামহীনা মপাবুং-সিদবগী থমি য়েংদনা তাইবং মী সেমখি হায়বসি ওইরবা বানি। হায়বদি—মহীরেন অখোইবদগী তাইবং মওং ওইরকই হায়বা বানি। চৌখিক্তা মতমদা বায়োং চানা ইরাংনত্রবত্তু মীতৈ ঐখোয়গী মমুংদা 'অপোকপা' সনামহী, পাখংবা, লৈমরেন অমুম্না হায়দুনা বাহৈ থম্নতং হায়নরি। খুভম য়াদনত্তু ইরাংনরি। লৈরিবসি লৈতৈ হায়বতা মতাইরে। শিজিন্নদবা থাংগুমলে। মীতৈ হায়বসি, হৌখিক্তা মতমদা, মথুংনা থাং সাদনা শিজিননবা হৈত্তবগুমলে। মমাংনা থাং সাবিত্রবদি মীতৈদি খুংত্তু খুংলাই তুবা লেপ্পঃ, তারি, হায়বদি, মীওোনদা তাংজত্রবদি মীতৈঙ্গীদি লাইরেকত্তু লৈতে;

লাইনিংথু লৈতে। তাংজবা হায়বসিদি ওনথোকনা তোপলি হায়জনা কনাগুম্বা ইবুঙো ইবেমসিংনা ইশৈ ওইনা সকতুনা অরা পুক্লিং থুগথি।

"লৈসং থেকরাই নিংথিবা
লৈরাংগীদি অথোইবা,
উরাংদবু তোক্তিরা
মুংশি পাওবু ভমখিরা,
উরেননদি তাখিদে
মুংশি পাওবু হংখিদে,
থম্মোই লৈকোন কিনথখি
মুক্তা লৈরাং মনথখি।"

তাংজক্লবা হায়বসিমক্তবু ঐনদি য়াম্না নুনা তৌরে, মীনদি লৌসাবিদবগুম্বা অমতং থোকই। ইপা ইপুনা লাইনি হায়জনা তৌরমবা অমম্তুং ইরাংবনি, চাকথানি হায়জনা তৌরম্বা পুন্নমকতু, নৌজিক্তা থোইদোকপা উখিদ্রে, তাখিদ্রে। মাহ্ন পুন্নমকতু হৌজিক্তা ইনৈবু লৈখিদ্রে হায়রবস্তু, হেনজিননা হায়বা য়াউ নদ্রে। ল'ইনি হায়জনা তৌরম্বা পুন্নমকতু লৈতবগুমদ্রে ইশিং মমুংদা লৈখিবা তিংথোকগুমদ্রে। কুমজা মতমগী ইচাও হায়বসিম্ন ওনথোক্লা কপ্রি, ওনথোক্লা তৌবা গুম্মী। মতম অমদা মতিক ময়ায় কয়া লৈরম্মিব', ইপা ইপুসিংনা মথোইদা থৌনিজরগা থুদক থুদক্তা অক মুক্তাই য়াইকবা পিনরমম্মিবা লাইশিংদো, হৌজিকী মতমসিদা ঈশিংদা ইয়াকতুনা লৈখিবা মুংগুমদ্রে। ইরুপতুনা থিবনা থোকদমাদে হায়না নিংঙৈ। লাইশিং অহুবু হৌজিকী মতমদা ইরাংনরিবা,

নিংনরিবা লাইশিং অসিগা করি থোক্কবা মতাং য়ৌরে, ইবুঙোশিং।

১৫। হৌজিককী মতমদা মীতৈ ঐখোইনা নিংনরিবা লাইশিংসিগা, ইপা ইপু হাক্কবগী খুন্নমনরকইবা লাইশিং অছুগা করম্বা মরি মতাং থোকনবগে হায়রদুনা খিনরকপা মতমসিদা, ৱারী মশা অমতং হায়জগোগে। হৌজিক মতমদা চৎনরিবা লাইনিং লমচৎসি লৌত্রিষ্টে মমাংদা মীতৈ ঐখোয়সি লাইনিং লম্বি করম্বদা লৈরম্বা খজিক্তং হায়জগে। আসাম হায়রিবা লৈপাক অসিদি তম্পাক লমজাও নিংখিজবা লমদম অমনি। কাছাড় অসিগী অবাং পাংবদা লৈরিবা হাকলংগী চীংশাসি লানথোক্লগা লৈরিবা নীংথি থোইখ্রবা লৈপাক অমনি। হৌজিকী মতমদা মীতৈ লৈপাকত নিংথৌ পানবা অসিগুমদনা নিংথৌ অকনবা পুন্নমকনা পালম্মিব লৈপাকনি। হৌজিকতি নিংথৌ পানখিদ্রে। ইংরেজগী লম ওইখ্রে। নিংথৌ পালমবগী কোম্নুং, পুঞ্জৌনচিংবা পুন্নমক হৌজিকসু ইকায় কায়দনা লৈরি। 'আহুম' হায়রিবা ফুরুপ অছুনা পালম-মিবা লৈপাকনি। আহুম হায়রিবসিদি লৈপাক অছুদা হৌজিবসু য়ামনা লৈরি। মীতৈগা সক-চু য়ামনা মানৈ। মখোয়গী মরোন অমা তোঙাননা লৈরমমি। হৌজিকতি মচু লোনখিদ্রে। হৌজিককী মতমদা মখোয়না লোননরিবা মরোনসিদি আসামী মরোন হায়রিবচুনি। ময়াং মরোনসিগা মমানৈ। মখোয়না মখোয়গী মরোন থাদোকখিবসিদি চহি ৫০০/৬০০ মমাংদা ময়াং লৈপাকগী ব্রাহ্মণ খরতং শূদ্র খরগা লোইনচুনা আসাম লৈপাক্তা থোরকই। ময়াং মরোনসিবু অক মুঙাইগী লোননি অনুম্না হায়দুনা আহুমগী হানগী মরোন অছু থাদোকহনদুনা হৌজিককি মতমদা

লোননরিবা মরোমসি আসামগী অক-চুক্তাম থংবা পুম্নমক্তু লোন-চমখি। মতম অদুদা, অতোনবা শূদ্র ওইরবসু, লাইপোক ওইনা পোকপ্রবা, লাইনিংদসু চেংপ্রবা লাইরিক লাইথুসু ওনথোকনা হৈত্রবা 'শঙ্করদেব' হায়রিবা ইবুঙোসিনা আসাম লৈপাকশিন থুংনা 'রামানন্দী' হায়রিবা লাইনিং লমচৎসি চৎচনখি, তৌজিকসু চৎনরি। মতম অদুদদি মীতৈ নিংথৌগা অনিসি মরূপকি মতম-শুমনা লৈরমমি। আসামগী অসুমা ওইরিবা লাইনিং লমচৎ রামানন্দীসিবু মীতৈ লৈবাকতসু, নিংথৌরেন অহুম মরিদগী হৌজনা চৎলম্মী হায়জনা অহনশিংনা হায়রিয়ে। ( ধরণী সংহিতা য়েংবিয়ু) মীতৈ লৈবাক্তা 'রামানন্দী' চৎলমমি হায়বসি য়াম্না থাজগদবা খুদম লৈরিয়ে ——

১। মীতৈ ঐথোয়না হৌজিকী মতমদা লাইরিক খিবগা হায়বগা তৌরিবা, অমসুং নাম সংকীর্ত্তননি হায়জনা তৌরিবসি আসাম লৈপাকী কিদম ওইগনি। করিনা——'নবদ্বীপ'কীনি মসি খিবিক লৈতে। আসাম লৈপাক্তদি হৌজিকসু তৌনরিয়ে।

২। অমনা—— মীতৈ ঐথোয়গী ঊবাশিংনা হৌজিকী মতমদা সকনরিবা ইশৈগী মরক্তা শকপা তাইজে —

(ক) "ভকত বৎসল তোমার রামজপ গোবিন্দ রামজয়"।

(খ) "হে রাম রাম গোপাল গোবিন্দ
গোপীনাথ কৃষ্ণের চরণে লইনু শরণ।
ব্রহ্মা আদি দেব নিরন্তরে রাম রাম রাম।"

অসুমা শকনৈ। (ইশৈশিংসিদি ইবুঙো শঙ্কর দেবনা লেংবা 'কীর্ত্তন ঘোষা" হায়বদুদা য়েংবিয়ু)।

৩। রামানন্দী চৎলম্মী হায়বা খুদম অচৌবা অমদি — লাই ওইপ্রবা ইবুঙো শঙ্কর দেৱনা 'শ্রীমদ্ভাগবত' কি 'দশম স্কন্ধ'বু আসামী মরোল্লা 'পয়ারসন্দ' ওইনা লেংখোকতুনা শেমখিবা 'দশম' হায়রিবসে হৌজিকী মতমদা মীতৈ ইবুঙো ইবেমশিংনা খংহিদবা লৈতে। ওনথোক্লা লুপ্রবা লাইরিকনি অস্তুম্না হায়দুনা লাংবন থাগী থাবুং মতুং নোংমা কোনবদগী থাসি য়োৗবা কাওবা, অমত্তুং মেরাখা চুপ্পসি মীতৈ উজাশিংনা হায়বগা খীবগা তৌরে হায়রগা মীতৈ লাইনিং চেৎপা ইবুঙো ইবেমশিংনা ওনথোকনা লুনা তাবিরিবনি।

৪। অমদি—মীতৈ এরেখোয়গী অহনশিংনা ইরম্বা লাইরিক্তা আসামী ময়েক ইরম্মী। মরাংগী, ময়েক খোইদোকপা য়াওবা উজদে (র-মবুক কাংপিনা চিংবা)। খুদম পুম্নমকসি লৈবসিনা মীতৈ লৈবাক্তা মতম অমদা রামানন্দী চৎলম্মী হায়বসি অরেপ্পা বানি, মসিদা চিংনকম লৈতে। হৌজিকী মতমদা চৎনরিবা লাইনিং লমচৎসিদি মরাং লৈপাকী নবদ্বীপ হায়রিবা মুংশি খোইপ্রবা মকম অহুগী থাবুংথা ওইরম্মীবা, মীথোই মীহেনবা, লাইগী মপোক ওইনা পোকখিবা লাইওয়প্রবা, ইবুঙো 'নিমাই'না শেমখ্রা লাইনিং লমচৎনি। (নিমাইনা 'ধর্ম্ম প্রচার' তৌরম্বগী বারী মতেক অমত্তং থেংচনগনি) নিমাই ইবুঙোনা নোংগাম্রবা মতুং কাইখৎদা; অংখোইব নিংথৌ ইবুঙো খাগেম্বগী হাক্তা, নিমাইগী মচা মনাইশিংনা মীতৈ লৈবাক হায়বসিদি মহাও লৈপ্রবা লমনি হায়না খংবিখি। নিমাইনা শেমলম্বা লাইনিং লম্বিসিগী মরু থাক্তরবদি, নিংথি খোইনা চংখোননা হোৌগনি হায়বা উখিদনা, মীতৈ লৈবাক লম মাদা তাখিবা

মরু অচুনা পানবোং চাওব হৌরকভুনা চংথোনবা মউ অচুনগী মশা মায়া কনখি মহৈ নিংখিনা মানখি। অমুম্মা মহৈ মানঙ্কবা লাইমিং লম্বিসিবু হৌজিকী মতমদা 'গৌরধর্ম্ম' হায়রিবসিনি। ময়াং লৈবাকী ইবুঙোশিংনা পুথোয়রকভুনা থাখিবা হৈ সনানি। হৌজিকী মতমদদি মরু চাইথখিদনা হৌরে। পুথোরকপনা মতম কুইখিবনা ইরৈবাককী হৈনি হায়দুনা হায়নরে। মতমনা কুইরবদি হায়বা মারে। 'রাধানন্দী' হায়রিবা, 'গৌরধর্ম্ম' হায়রিবা অনিসিনা মীতৈ লৈবাক্তা তারক্রিঙৈদা মীতৈ লৈবাক্তা করম্বা লাইনিং লমচৎ চৎলমবগে হায়দুনা চৌজিকী মতমদা তুক থিবনা থোকদমালে হায়দুনা খোবাই তরাদা হংগৎচরিবনি। ঐনা থংবা মতাংদু থর থর ওইনা হায়রগে। মচিঙৈদা করি ওইরমবগে হায়বগী মরি মথোংসি থিবগী মতাং লাকলমালে হায়না খনবে। করিনা হৌজিকী মতমদা অতিঙা মাইকোই শিনথুংনা মালংবগী ঈথক অমতং লাইগী পাওজেল পূদনা ইপোম চাওনা চৎলিরে। মুননা মাকোং থাংগৎভুনা তারবদি পাওসি শোয়দনা কংবিগনি। লাই-পাওসিগী পাওতাক্তি নুপনা হায়রগা মহাক মহাকী হৌভম থিবা মতাংনি হায়রিরে। হাইবং পানবদা রাখব থেনবা নহা ঐখোয়না খনবে——পোকতম হৌভম থিরগা করি কানগদৌরি? মসিগী পাওহনদি,——পোককম থিববদি ঐসি কনানে৷ হায়বা থংবা ওবথৈ। ঐবু থংজরবদি ইথৌ তৌবা তুঙাইজরে। ইথৌ তৌরবদি ঐগী থৌরম পাংজরে। ঐগী থৌরম পাংলবদি থৌরাব তুঙাইজরে। থরায় তুঙাইরবদি মাইকবা হায়বতু ওইজরে। মাইকরবদি পুম্নমকপু হুংশিবা হায়বা রাখব অমা লাকনি। হুংশিবা

হায়বা বাথম লাকলবদি থবক মতোম লোমজরবনি। হৌভম সাংকম থাংজরবদি ইপা ইপুনা করি লাইবু মণ্ডং করয়া নিঙম্বগে, লমচং করয়া চংলমবগে হায়বসিদি মথানা অচুমক থাংজভন থোকই। ইপা ইপুনা ভৌরম্বা চংলম্বা পুম্নমকসি চুমনা থংদবা মরম্না মীরৈবাকী মীনা ঐথোয়বু য়াম্না নোকনরে হায়বসি থাজবিয়ু। মীনা নোকনবদি ভৱাইবনি। ইপা ইপুনা চংলম্বা ভৌরম্বা খিবিকপু লাইথোকলবদি ঐথোয়গী মুঙাইভম লৈতে। ইপা ইপুনা চংলম্বা ভৌরম্বা পুমনমকতুবু হায়দোক্লগা পুথোক্লগা ইকায়কম থোকতে; লৈথা ভাগনি হায়বা করিম্ভু লৈতে। অদু পুম্নমকতু হায়নরগা, থংনরগা ওনথোকনা মুংশিবা মতাং অমনি। ইপা ইপুনা হাননা ভৌরম্বা চংলম্বা পুম্নমককী বারীদি হৌজিককী মতমদদি নায়ুংনয়ে। লোংভুনা থমনখ্রে। মীন উথক্তা লৈদুনা য়েংলি, ঐথোয়না মথাদা লৈদুনা মীনা উরোইদবা মকথনি হায়দুনা লোংপা হোংনরি।

১৬। রামানন্দী, গৌরধর্ম্মসি মীতৈ লৈবাক্তা তাত্রিইঙে মথাংদা মীতৈ ইপা ইপুদি 'য়ুমলাই' উমংলাই' অদুমনা হায়না অনি থোকনা নিংনরমমি, থুরমনরমমি। হৌজিকসু মতৌনরি। রামানন্দী চংলকপদগী হৌদুনা 'য়ুমলাই' উমংলাই থুরমবসি থরা লোম থুপনা ভৌনখ্রে। মসি পুমমক থুরমবসিদা অমাংবা ওইগত্রা হায়দুনা বাথন ভৌখি! মপানদি থোকনখিদে। গৌরধর্ম্ম চংলকপসিদাদ য়ামনা চেনজিননা লোননা ভৌনখ্রে। গৌরধর্ম্মগী মচুংগী ঈচেন থংনা চংপিরিবা ইবুঙোশিংগীদি 'য়ুমলাই' থুরম্বসিবু করেমনভম ওইখি। 'য়ুমলাই' হায়বসিবু করিনো, তুংদা হায়রকে।

মতৌ অস্থমনা তৌদুনা মীতৈ ঐখোয়না ইপা ইপুনা তৌরম্বা মতুং-ইননা লোননা থুপনা কনাম্ব থংহনদনা ‘মুমলাই’না চিংবা থুরুমজব-সিদা, মীরৈবাকী মীনা, মীতৈ চায়বসি লাইনিংবা হায়বা লাই খুম্বা হায়বা খোরম পুমনমকসি করি অমত্তা তৌরমদে হায়না খনখরে। মীরৈবাকী মীনা খললিবদি,——মীতৈ চায়বসি মচিন্তৈদা উপুংদা, লৈছুনা উহৈ-বাহৈ চাদুনা, ময়ুম মকৈ মকম মকান থংদনা, সেংচাবা খোঁওয়দ’না, উমুংদা, লৈখুনদা চিংখুনদা লৈরমমালে হায়না খললি। মীতৈনা মচিন্তৈদা তৌরম্বা চংলম্বা খিবিকতি মখোয়না উহৌত্রবনিনা মখোয়না হৌজিক অসিদা মনিং মথা তৌনা খন্নরে। ঐখোয় মীতৈনসু হৌজিককী মতমদা ইপা ইপুন অসি তৌরমমি হায়দুনা মখোয়গী মমাংদা পুখোক্তনা উংলুব ভুংভদে ইপা ইপুনা মমাং লমচংত্তা তৌরম্বা লাইনিং লমচংকী বারিদু ঐখোয়না ইকায়ভদুনা মখোয়দা তৌকবা ভমজদে। ইপা ইপুনা তৌনরমবনি হায়দুনা ঐখোয়না থরতং লোয়না থুপনা তৌদুনা মুমলাই থুরমজবসিবু, ময়াং লমহেনবা কনাগুম্বনা কুপখিন্ন খিদুনা মাদুবু উরুরে হায়রগা মনপ মতিন ভাবা নোকনরি। মখোয়না নোকনবসিনা অমুক হন্না তৌগদবদু হাংগোইজরে। ঐখোয়না তৌরিবসি লাপমালে, হি অনি তোংবা খোকলত্রা হায়বা বাখন অমা তৌজরি। ইপা ইপুনা মচিনতৈ লমচংত্তা তৌরমবা খিবিকসি হৌজিকত্তা চংনত্রমালে, মাসি খিবিকসিবু খাদোকপা খোকপ্রা হায়বা চিংনবা বাখনসিনা মপুং ওয়রে। অহুককপু কনাগুমবা মপা মপু নিংবা ইবুঙো ইবেমসিংন। লাইখৌনি হায়দুনা তৌজরিয়ে। ঐখোয়না ঐখোয়গীমি হায়দুনা অমতং তৌখিদবসিবু উবদা

মীরৈবাককী মীনা, মীতৈ চায়বসিদি মমাং লমচংভা করি অমত্তা ফংহন্দে, মাহনা ভোমনা লৈরম্মী হায়দুনা মখোই কানা হায়নরি-বনি। মীরৈবাককী মীনা হায়জবগুম হায়জবনি, মীতৈনা থাদোকচখিবগুম থাদোকখিবনি, পনবিরকপা মতমদা মীতৈনা 'যুমলাই' হায়বা বাহৈ অমতং হায়নরকলে। যুমলাই হায়বসিবু মীতৈনা থাদোকপা ওয়গদোঃরা? বাথন ভৌহনা য়েংবীউ। যুমলাই হায়বসি করিবুনো অমুক্তং খনখিউ। পনবিরকপা মতমদা 'যুমলাই' হায়দুনা নিংশংবিরকপাসিদি ওনখোকনা খোবাই সোকই। মরম আস লৈবনা অপোকপা ফুক্কপনা হায়রে

মমুম লাইদি পিরদে বামোন লাইদা কংখরে,
অপোকপদি মপারেন মীতৈ কুমৈ উখরে।
পনবিরমদাই মতমদা নিংজগানি হায়খিরে,
অপোকপদি লাইনিংথৌ কপনা কপনা চনখিরে।

মচা মনাইনা থৌ সাখদনা চাদ থকতবনা যুম লাইদ চকচাং যাম্না ইংনা লৈরে মাঙোন্দা তেকথক্তনা থবক য়াররোই। নিংনরিবা লাই ইবুঙো, দারুব্রহ্মাগী পাটাসন মথাদা মিং ইতুনা থমলবসি, অসি অনা লাংভম কোকনরসি। 'যুমলাই' থুরমুদনা করিবু কানরক-পদগে। মীতৈনা যুমলাই থাদোকপা ওয়গী মরম লৈখত্রে। থাব চক্রপাণি করি লৈবগে হায়বসি খনবনা থোকপ্রঃ হায়না নিংঙৈ। মীতৈরোন খংদ্রবদি যুমলাই চায়রিবাস কবিবুনো, খংভম থোক্কে। মহাক মহাকী মরোনদা ওইথবা লাইরাবু হোংবা য়াবা হৌনদে। মহাক মহাকী ফুক্কপকী হৌমনরকপা লাইরোম হায়বসি পুম্মককীস্থ লৈরিবমক্তনি। মীতৈগী লাইরোন লৈরি,

বেদগী মন্ত্র লৈরি। বেদনা 'অহং' হায়রি, মীতৈনা 'ঐ' হায়রি। বেদনা 'ওঁ' হায়রি, মীতৈনা 'হুঁ' হায়রি। খোরম পুম্নমক্তমক ময়মদি অমত ওইরিবনি, মরোনদবু তোঙানজরবনি। মরম অসিনা মীতৈরোননা লাইসোনবা য়াদে হায়বসে হায়নকুসি য়াম্না নমুংঙবা বানি। মীতৈরোন খাংডি হায়বসি বাকায় অচৌবা অমনি। মীতৈরোন খাংলবদি মীতৈনা লাইনি হায়দুনা তৌরিবসিসু খাঙি হায়বা বানি।

১৭। লাইনিংথৌ সিদবা হায়রিবা, লৈমরেন সিদবী হায়রিবা, লাইনিংথৌ সনামহী, লাইনিংথৌ পাখংবা হায়রিবা লাই পুম্নমকসি মীতৈগীদি ওনথে ঙম্লা লুপ্তবা লাইনি হায়না অহনসিংনা হায়নরিবনি। বেদনা 'ব্রহ্ম' হায়রিবা অদুগী সায়োনমি হায়দুনা হায়নরিবনি লাইসিংসিবু লাইথোক্লবদি বেদকী 'ব্রহ্ম'বু থোকউদবা হায়বতু ওইরিবান। লাইসিং অসিবু 'য়ুমলাই' অমুম্না হায়না খংনরিবনি। তেংবানবগী মপু ইবুঙোনা মতম অদুগী মকম অদুগী ফননবা হায়দুনা মরোং অমমম ওইদুনা সায়োন ওয়াখবমক্তনি। মী ভগীদা মীতৈনা লাইনি হায়না খংনখি, ময়াং লৈপাক্তা ময়াংনা লাইনি হায়না খংনখি। মতৌ অমুমনা তৌদুনা ইবুঙো মহাকনা লৈপাক লৈপাক খুদিংদা মতম অমমমদা তাইংপানবগী লমনবা হায়দুনা সায়োন ওইনা পোকখিবনি। 'গীতা'গী 'চতুর্থোঽধ্যায় জ্ঞানযোগঃ'তা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়রি—

"যদা যদা হি ধর্মস্য গ্লানির্ভবতি ভারত।
অভ্যুত্থানমধর্মস্য তদাত্মানং সৃজাম্যহম্ ॥ ৭ ॥
পরিত্রাণায় সাধূনাং বিনাশায় চ দুষ্কৃতাম্
ধর্ম সংস্থাপনার্থায় সম্ভবামি যুগে যুগে ॥ ৮ ॥"

কৃষ্ণ, বুদ্ধ, গৌরাঙ্গ হায়রিবসিবু ভেংবানবগী মপুগী সায়োননি হায়না ময়াংনা হায়রিবনি, মীতৈ ঐখোয়না মাতুবু য়াদবহৌদে; মীতৈ ঐখোয়গী লাইনিংথৌ স্নামহী, পাখংবা হায়রিবসিসু ভেংবানবগী মপুগী সায়োননি হায়বসিদা ময়াংনা থাজবিদে। মখোইগী অসিদনা অখোইবনি হায়দুনা লেপনখ্রে। মীতৈগী মূমলাই হায়রিবসি বেদনা 'ব্রহ্ম' হায়রিবা অতুগী সায়োননি নত্তে হায়বসি ইবুঙোসিংনা লোননরিবা লাইয়োন অতুদা অতুমক য়েংবিয়ো। ( ঐসু ঐনা খংজব লাইয়োন খরতং হায়জগে ) অসুম্বা লুপ্রবা লাইসিং অসিবু, ইলাই লাইখোকনা লাইমাংনি হায়ব থুনানবা বাখন অতুনা মপুং ওইবিদুনা লৈখা ভাহনখিবসিদি থোৱাইনা ওনখোকনা পামজদে। নখা ইশাদসু লৈরিবা লাইবু লাইমাং ওইরবদি নং ঐহাক্তি করম্বা লাইবান শেংদোকদোরিবা থম্লসি। মহাকীনা করম্বনো ঐগীনা করম্বনো, সুখিংতি, অমতনি, মরিদি ময়াম্নি হায়না লাইনিং অহনসিংনা লাওগ্রিবনি। অতুমনদি ওইরগা ময়াংগী, মীতৈগী হায়বা বাখন অনিদনি। ময়াংগীদা ময়াংনা থক্তি, মীতৈগীদা মীতৈনা থক্তি। অনিসি অমত্তা ওইবা য়ারোইদ্রে ইবুঙোসিং! মীতৈনা হৌজিকী মতমদা ময়াং মরোনদ, ভাংজদনা 'একাকার' 'একাকার' হায়মরি, হায়বদি অমত্তা ওইরে? অমত্তা ওইরে? হায়দুনা হায়বা বানি। ময়াং মরোনদা ভাংজদুনা ইসৈ সকথিবা; ময়াং মরোনদ ভাংজদুনা লাইসোন সোনথিবা, ময়াং মরোনেদা ভাংজদুনা লাইনিং লম্বী থিথিবা; মতম অতুদগী হৌদুনা তিনবা য়াদবা ময়াংগা তিনখ্রে হায়বসিদি মীতৈ ইবুঙো ইবেমসিংনা করি অমত্তা খংবিখিজে। অসুম্বা ভোরোংমরকপাসিবু চহি ৩০০

ফেলক্লে হায়বগি করি অমত্তা থনখিখিল্লে ! ময়াংগী লাইনিং অহুম সিংনা পুখোকখিবা 'যোগ স ধন' হায়রিবসি লাইনিংগী অকনবা লম্বিনি। মীতৈ ঐখোয়গী লাই অহুবু লম্বিসিদা চংভুনা থিরগা কংজোই হায়বা করিমু লৈতে। মীগী লৈকোনদগী পুমকপা কৈদ্রবু ঐগী লাইদা কৎপা য়াদে হায়বা করিমু লৈহক্তে ঐখোয়না তৌরিব-সিদি মীগী চুখোং থানখিবনি মীগী চুখোং ক্লানুমগা ঐগী চু কবা তৌনজে। মতুংইন্না মীতৈ ঐখোয়না মাডু, সেংভু হায়নহুনা পং-লাওদা লাওরমে। অমাংবা হায়বা অসেংবা হায়বচুদি তোঙানবা তাদনা লৈরৌরে। 'ইসিং' হায়রুবদি মাডু, 'পানি' হায়রবদি সেডু হায়বগুম্বা বাথন অমত্তং তৌনজে। মীগী মমা পুকমুংগী মরোনবুম্ন ইলাই লাইনা মাডু হায়নরে। মীগী মমা পুকচুংগী মরোনবু মাডু লোনগমু হায়রুনা থিংগদৌরিবা মুপী নিপাসি লৈত্রিরে। তাইবং মীদি থমলবনা নোংদম্বা লাইনম্ভ খিংবা তম্বা হৌবদে। অতোপপা ফুরুপকী মী অমনা মীতৈরোন মাডু হায়হুনা হায়বদো লোয়া থুপনা হায়জবনি। হৌভম সাংকম তিনরিবা, মরোন ইরোন তিনরিবা ফুরুপ অমত্তগী মচুংদা মরোম্না সোনবা লাইসোনবু লাইসোন তিনদে হায়রবসি মরা তাদব বাথন অমত্তং য়াওরত্রা হায়না থনরৈ। হৌজিকী মতমদা মী মরোম্না লাইসোন সোনবদা লাইসোন তিনত্রে হায়বসিমক্তনা মীতৈগী মচুংদা য়ামনা ময়াং হৌনরে। বাথন তানরবদি করিমু ইংশো লাংনরোই। মীতৈনা, মরোম্না লাইসোনজবদা কনাগীদা তাংজক্লবা নত্তে, চুমনা মীতৈরোনতনা সোনজবনি। লাইনিং লমচংতি, হিন্দুগীদা অচুমক তাজরিবনি। হায়বদি—শক্ত,

দাস্য, বাৎসল্য, সৌখ্য, মধুর হায়রিবা লম্বি মঙাসিগী মতুংদা অহুমক লৈজরিবনি।

১৮। হিন্দুগী লাইনিং লমচৎ অসিনা ঐখোয়না বায়েক খরা চংলে—বায়েক চংজবদনি খাদোককে হায়দুনা তৌজবদি নত্তে। বায়েক চংজবদি অসিনি :—

(ক) হিন্দু ধর্ম্মগী মতুংদা মসা মামখ্রে হায়বদি—শাক্ত, শৈব, বৈষ্ণব, গানপত্য, ব্রাহ্ম অসিনাচিংবা ময়াম লৈখ্রে। মহাক মহাক্কী কননবা শেমগৎবমক্তনি। মহাক মহাকনা নিঙিবা লাইসিং অহুগী মবোংদি অমগা অমগা তিনদে। মথাকীনা হেলি হায়হুনা অতৎপা লৈতনা লাঙনখ্রে। মখোয়গী মতুংদা অহুবু অমনা যাদে। মখোয় ময়াংগী মতুংদা অমগী লাইবু অমনা য়াদবদো হিন্দুধর্ম্ম চৎলিবা মীতৈ ঐখোয়দা অমুক য়াদবা লৈত্তে। মখোয় করি লৈবগে হায়তনা লুনা বাখল তৌনবা মতাং য়োরে চায়না খঙে। মীগী কোন কেঙ্বনদি মীগীদমক কানবা ওয়থি। লৈজদবা ঐগী খজিক্তং অহুবু নিংথিনা সিজিন্নরগা মীনা কি—হৎগোটবা হৌনরে। লাইনিং লম্বীদা ইপা, ইপুবু তৌরম্বা খরতং অহুবু নিংথিনা ঙৌথিনা সিজিন্নরগা কজরকদবত্তনি, খোইগৎলকদবত্তনি। লৈত্তবু লৈননবা হোৎনরগা লৈরকলিবমক্তনি। চংখোম্না লৈরমদে হায়বত্তনি। মহৌশাগী খরদং লৈরম্বা অহুদা লৈতেং হাপচিনবিরগা হৌজিকী মতমদা চৎনরিবা গৌরধর্ম্ম হায়রিবসি মতুংগী ঈচেনগা অমত্তনি। মীতৈ ঐখোয়গী লাইরিক লৈত্তে হায়দুনা হায়নরিবসিসু ইবুঙো ইবেমসিংনা তৌবু তৌবরগে হায়রবদি লাইরিকনা খবত্তম লৈরোইদবনি। ইবুঙো ইবেমসিংনা খংবিরিবা বারি

পুন্নমক অচুম্বী মচুংগী ইচেন করি লৈবগে হায়দুনা থিবিরগা, মহোন অচুম্বগী সন্দোকতুনা লেংথোকপিরবদি য়ামনথিদুনা লোই শিনববু শুমখিরোইদবনি। তেংবানবগী মপু ইবুঙোগী মতিক মহায়বু হায়বগী অরোইবা নায়বা নত্তে। শুক্রনদি ভনন্তা ওইরগা মীতৈ ঐখোয়না ভনন্তা ওয়কদে হায়বা করিমু লৈত্তে। মহাক হায়বসিনা লাইরিক লাইস্নু লেংবদা মখোয়না মানগ্রবত্তুদা, অমস্তুং লাইনিং লম্বি অসিদা, মীতৈ ঐখোয়না মখোইগী মহোনদা তাংজখিবসিদা, মখোয়না হায়রিবসিতনা অচুম্বনি হায়ব ৱাথনসি, মীতৈ ইঙোসিংনা কয়া পায়বিরে। মীতৈনা লাইরিক লেংদুনা ভনন্ত ওয়রবদি নামুংঙি হায়বগুম্বা ৱাথন অমতং তৌবিরে। মসি ৱাথন অরাবনি, হৌজিক্কী মতমদা চংনবা য়াবা ৱাথন নত্তে। অপোকপা মরুপনা হন্দক শেমকলিবা লৈপাক অসিদি, অথংব অহৈব ইবুঙো ইবেমসিংগী লম্বী খোনজরিবনি। লাইনিং লম্বীদা মহাক মহোন নতনা করি অমত য়াদে হায়রিবা ৱাথন অচুম্ববু থাদোকপিদুনা ইমারোনবু হেনবা লৈত্তে হায়বা ৱাথন থনবিদুনা ইমারোম্না লাইরিক লাইস্নু পুন্নমক ইসিনবিদুনা ভনন্তা হায়বদু ওইবিরো হায়দুনা অপোকপা মরুপনা তংত'না লাওজরিবনি। মীতৈরোনতনা লাইরিক লেংবসিদা অমস্তুং ময়াংনা ইশ্বর টৈবরিবদুবু মীতৈ ঐখোয়গী ইরোননা তেংবানবা মপু হায়বসিদা ময়াংনা পাপ হায়রিবদুবু পুগদবা ওয়রবা, নরক হায়বদুদা তাগদবা ওয়রবা, ইবুঙো ইবেমসিং, করম্বা লাইমাংদনো ৱাসকচৌ হায়বস্নু ৱাসকচগে, পাপ হায়রিবা নরক হায়রিবা পুন্নমকতু ঐ কংব ওয়জগে। মীতৈরোননা লাইসোন সোনবদা মীতৈরোননা লাইরিক লেংবদা নামুংবা হায়বদু

ওয়রবদি মীসি থিনা সিব হায়বত্তু ঐ ওয়জগে, মকম থংদ'না মাংব হায়বত্তু ওইজগে। অদু নত্রবদি তরাগী খোংগান তৌদ'বা জাইদ্রী থুম্না তানজগে। মীতৈরোন হায়খ্রিবসিদি ইপা ইপুনা লোয়রক্ম মরোনদ্রি। ইমাগী পুক্নুংদা লৈরিবৈদনা সানজক্কনবা সাংদ্রেনদ্রি, কাওগে থংগে হায়বস্তু য়াবা লৈখিদ্রে। খাব য়াদ্রবা মরুপদগী, মসিগী কিরেপ অমতং লেপননবা হায়দুনা খোবাম জরাজানিজখিবনি।

৩৭। মীতৈ ঐখোয়না মীতৈরোনসি থাদোকপা য়ারোইদবা মরম য়ামনা লৈরে। মীতৈ ঐখোয়গী লাইরা লাইরোন হায়রিবসি মীতৈরোনদা মপান নায়দ'না লৈরে। অদোকপা,

মীতৈ মীতৈ হায়খিবসু মীতৈ লৈপাক পনখিবসু ॥
মীতৈ রোনবু মাংলবদি লাইসোনববু য়াত্রবদি ॥
থমোই লৈকোন কায়থরে পুক্নিং য়ামনা নৌথরে ॥

স্নামচৌ, পাথংবা, লৈনরেননচিংবা পুন্নমকসি মীতৈ ঐখোয়না থাদোকপা ওয়গদবা থুত্তম নত্রে। খাবা য়াখিত্রবা কাওবা য়াখিত্রবা লিরিবকসিবু লাইখোত্রুরদি ইপা ইপু মীয়াইবা ওইগত্রা, অমসুং মীতৈরোনসু শেংবা ওবদা, ময়াংরোনদসু তাবা ওবদনা মরক সরক ওইরুপত্রা হায়দুনা কিজবা মরমনা ইবুঙো ইবেমশিংগী থুম্না থাদা চংদুনা হংগৎচখিবনি। মীতৈরোন চাওখৎননবা তৌরবদা মীতৈ ঐখোয়গী অকায়বা ওইগনি হায়না নীংই। মীতৈরোন অসিবু মীতৈ ঐখোয়গী ইপা ইপুমকনি হায়না নিংবসিবু থোই-দোকনা অকায়বা ওইরোইদবালে হায়না থংই। তেংবানবসিদা অতৈ অতৈ মীশীদি মহাক মহাকী মকম থংনপ্রে। সোথহৌরিবদি মীতৈ ঐখোয়তনি। ওনথোকনা কনৈংবা, ওনথোকনা লৌশিং

শিংব', ওনখোকনা ফজ খোইবা মীতৈবু লাইরবগী অনখিনা নৈথ-বিতুনা লৌশিং মরা তাবা ঙমখিদ্রে। খংদবা হায়বসি ওনখোকনা তোলি। লৌশিং ওইগদবা মফমদি লুপা পৈশা নত্তুনা য়োবা ঙমখিদ্রে। নোংমরিক ময়ামনা চুরগা পাংচাও থললি। থুন থুন থুদিংদা তরা তিনথুনা বাশকনথুনা নোংমগী চাননবা চরাদগী চেং থুংপায় অমমম থমনরগা মতু য়োনখোকখিবা পৈশা অতুনা তরা তিনদনা থবক অমতং হৌরবদি লাইরবা লমচং সোইদ'না কোক্কনি হায়না নিংঙৈ। লাইবকনা য়াদে হায়বা বাসে, ঈন সেগাইবনা খোনবগুম্বনি। লাইবক হায়বসিদি ভৌজমনগী মতুং ইনবনি খোবাই থুবাক্তা হাপতুনা লাইরিক লাইশু তমখিবা ইবুঙো শিংনা লৌশংসি থর মচেল্লি। লাইরবা লাইনা ময়োয়না থোইদোক্ত ঙাক্কবা ঙমদে। অমদি লৌশিং কংখিতুনা তংত'নম্ব চংলিবা মীদো মবুক চাকতদি বাংতে। ইপা ইপুনা খোং চোংলগা চিন চোংলি হায়বা রাতুনি। মীতৈ ঐখোয়গী মফম খংবা হায়বসি হৌজিক অসিদা ওনখোক্না অক্কব থোয়ম অমনি। মীতৈ ঐখোয়গী হৌভম অসিবু হেক হায়বা ঙমক্রবদি, মীতৈ ঐখোয় অৱেম্বদা তাগ-দোরে। মরম অসিনা মীতৈ হৌভম বারিসি ইবুঙো ইবেমশিং পুম্নমক্না তাবিগদবা ওইয়ে। মীগীদা তাংজবা হায়বসিদি নিপা মচাগী পৌদাংদি থোক্কে। নোংমদা পোকপা মচানি অনিরক সিব হৌনদে। নিংজিংননা নৈবা হৌনদে। লমকতা শিব হৌনদে। ইয়োন লোনথুনা শিব হায়বসিদি ইয়ুমদা শিবা কৌই। মথক মথা ওনথিবা বাহৈ হেনজিনখিবগী অয়োন অরান পুম্নমক ইবুঙো ইবেমশিংনা ঙাকপিয়ু। থুমাক লাইখন সান তরাবু থুরমজৈ।

তরাগী খোগন চংচরিবা।

N. Phula.

# মতাং অনিশুবা

২৬। মচিটৈঙদা মীতৈ লৈবাক্তা য়েক হুয়েংতগী হেন্না অতৈ লৈরমদে। ব্রাহ্মন, ক্ষেত্রী, বৈশ্য, শূদ্র হায়বসি মীতৈ লৈবাক্তা লৈরমদে। নিংথৌরেন ইবুঙো থাগেম্বগী হাকচঙগী ব্রাহ্মন, ক্ষেত্রী, বৈশ্য, শূদ্র পুরুপ মরিসি থায়না মীতৈ লৈবাক্তা পানখি হায়না ধরণী সংহিতদা হায়রিয়ে। মহৈ মশিং ময়াং লৈবাক্তা মীনা মখোয়গী লাইনিং লমচংপু মীতৈ লৈবাক্তা সন্দোকে, য়েনখোকে হায়দুনা মীতৈ লৈবাক্তা থেরেকপদগী মীতৈ লৈবাক্তা ফুরুপ মরিসি থাইখি হায়না তাক্লে। মতম অহুদদি ময়াং লৈপাক্তা ময়াং হায়রিবসিদি লাইরিক লাইস্ন য়াম্না চৈরদনা লোশিং মৈরা চাওনা ফুগংলকপা মতমদি, মীতৈ ঐখোয়গী ইপা ইপুদি, লাইরিক লাইস্ন খোইদোকপা থৌসাদবা মওংদা লৈরম্মী। লোশিং চাওথ্রবা ময়াংশিং অহুনা মীতৈ লৈবাক্তা তৌনরমদবা, লৈরমদবা পুম্নমক পুথোকখি। মখোয়গী মরৈবাক্তা ব্রাহ্মণনচিংবা ফুরুপ মরি থায়দা পানবগুমনা মীতৈ লৈবাক্তস্থ পালহনলি। ব্রাহ্মণ হায়রিবসি ফুরুপ মরিগী মকোক্নি। মখোয়গী মথৌদি লাইগী ইরাং থৌগন তৌবা, অমস্থ মখা পোলিবা ফুরুপ অহুমমকপু লাইনিং লমচং-লম্বিনচিংবা তাক-পিবসি মখোয়গী মথৌনি। অমস্নং লাইরিক লাইস্ন লেংবা অক্ল অহেন পুম্নমক তাকপিবা তাকপিবা মখোয়গী থবকনি। ব্রহ্মা খঙি হায়দুনা মখোয়বু ব্রহ্মা হায়বসিদি সংস্কৃত মরোননি মীতৈরোননা তেংবানবগী মপু অপোকপা হায়রিবসিনি। ময়াংগী মীহৌরোনদা হায়রি,—ব্রহ্মাগী মচিনদদি ব্রাহ্মণ পোকখি। মচিনদগী মী পোকপা

হৌনদে ; ব'ৈ হায়বদুনি। অওইবা ৱারি তাইবংপানবগী হকচাং কয়াংতা ওকতগী লুতোন য়োবা মতুপসি হকচাংগী অথোইবা মতাংনি। তাইবংগী অথোইবা মকম লেমফু হায়বসি কোকতা লৈরে। লেমফুবু শিজিননবা ওমমিবা মী অহুবু অথোইবা মী কৌই, মহুবু ব্রাহ্মণ, হায়রিবদুনি। ব্রহ্মণ, বাযোন হায়রিবা ৱাহৈ-সিমক মীতৈরোন নতে ; ময়াং মরোননি। ক্ষেত্রী, বৈশ্য, শূদ্র হায়-রিবা ৱাহৈ পুম্নমকসিসু ময়াং মরোনমকতনি। ক্ষেত্রী হায়রিবসি ব্রহ্মাগী পাম্বোমদগী পোকই হায়বা ৱারি অকনবা থৌরম অমসু শাগী লানগী, লৈপাক ঙাকপা থৌরম পুম্নমকসি মখোয়তনা তৌই হায়বা ৱারি। বৈশ্য হায়রিবসিনা ব্রহ্মাগী কৈবাকতগী পোকই হায়বা ৱারি, — লৈপাক অমদগী লৈপাক অমদা চৎতুনা ললোন পোত্তিকপা থৌরম তৌদুনা ব্রাহ্মণনচিংবা ফুরুপ অহুম অসিবু মখোয়না য়োকই হায়বা ৱারি। শূদ্র হায়রিবসি ব্রহ্মাগী খুয়াদগী পোকই হায়বসিদি ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রী, বৈশ্য অহুম্মকী থৌগল চৎতুনা মখোইগী খুয়া খাদা চংজদুনা, মনাই ওইদনা লৈবসিনা শূদ্র হায়বসিগী লমচৎনি। ফুরুপ মরিমকপু মমা মপা অমতদগী হৌরকপনি। থৌরম পাংননবা মরিথোক্কা খায়থিবনি। ফুরুপ মরিসিগী মীতৈ ঐখোয়গা থোইদোকপা মরি মতাং থোকই হায়বা খুদম লৈতে। মীতৈ ঐখোয়না লাইনিংথৌ সোরারেনগী মচা মসু ওইরবদি ঐখোয়না ক্ষেত্রীনি হায়দুনা মীওোনদা খংহনজিবসিদি শেম সাদুনা হায়বা মালি। হৌভম সাংকম তিনদবদুগা সাগৈ ওইকম থোকই হায়বসিসু অওকপা অমনি। মীতৈনা সোরারেনগী মচা মসু ওইরবদি করমনসু ক্ষেত্রী ওইরগনি? সোরারেন হায়বসিদি

ব্রাহ্মণগী মধা ওইবদি থোকতে। মীতৈ হায়বসিনা ব্রাহ্মণ-নচিংবা ফুরুপ মরিগস্ু মরি মতাং থোকনব্রবদি হাওসিংগস্ু ফুরুপ তিনব্রবদি মীতৈ হায়বসি তোঙানবা ফুরুপ অমনি হায়বসি থাংগৈ নেংলবা বানি।

২৭। হৌজিককী মতমদা মীতৈ ইবুঙোসিংনা পুক্রিংদা য়াম্না বানা বাথন তৌনরিবদি,—

(A) মীতৈ লৈবাক অসিনা 'মহাভারত'তা— হায়রিবা মণিপুর হায়বস্ু ওয়রবদি,

(B) মীতৈ হায়বসিনা বভ্রুবাহনগী মচা মস্ু ক্ষত্রী হায়বস্ু ওয়ব্রবদি; মীতৈ ঐখোয়সি আর্য্য হায়বস্ু ওইবা ঙমমোইদোরে, আর্য্য ওয়ব্রবদি মীতৈ ঐখোয়সি অতোনবা ফুরুপকী সাগৈ ওয়বা তারে হায়তুনা খোবাই য়ামনা বানা লৈনরিয়ে। চিংথকতা লৈবা লাইনিংথৌ সোরারেম্না হাও অতোনবা নব্রবদি করি হায়না। খোবাই বাজরুগদগে? আর্য্য ওয়রোইদোরে হায়না খোবাই বানিরিবসিনদি কনাবু আর্য্য কৌবগে হায়বসি থংলগা পুকনিংগী অবাবা পুম্নমক কোককনি। আর্য্য হায়রিবা বাটৈ অসি সংস্কৃত ব্যাকরণগী ঋ ধাতুদগীনি! ঋ হায়রিবসিদি 'চৎপ' হায়রিবসিনি। মচিংগৈদা আর্য্য হায়রিবসিনা মফম অমদগী মফম অমদা চৎতুনা লৈরম্মী। সল-ওক,হানেং য়াও, মতু মচা পুম্নমক পূদনা মফম অমদগী মফম অমদগী মফম অমদা চৎলি। মথোয়গী অহানবা লৈভম মফমদি হিমালয় চিংগী অবাং পাংবদা, রুশ হায়রিবা লৈপাক অহুগী খা পাংবদা লৈরিব, কোকেশিয়া লৈপাক অহুনি।

মতমনা কুটরকপনা লমগী মহাও চমলকতুনা পোংচৈগী মহৈ মরোং কৌরকপত্থনা নাপী শিংবিস্থ হৌবা বালক্লত্থনা, মকম অত্থদা লৈবা য়াদবা মতাং অমা ওইরকলত্থনা মকম অতৈ অতৈদা থোরকই। মখোয়গী ফুরুপকী মীনা য়ামসিলকতুনা, লৈতম চননরকতদনা, ফুরুপ অমমম খায়থিদনা চায়নখি। থর অমনা ইউরোপ লৈবাক রোমদা চংখি, থর অমনা এশিয়া মাইনর রোমদা লাকই। থর অমনা ভারতবর্ষ রোমদা থোরকই। ইউরোপ লৈপাককী ইংরেজ, জর্মন, তুরস্ক অসিনচিংবসি মখোয়গী মচা মস্থনি হায়ত্থনা হায়নরি। ভারতবর্ষ রোমদা লাকপা খুপুত্থনা অহানবদা পঞ্জাব লৈপাককী সিন্ধু হায়রিবা তুরেন অচৌবত্থগী মপানদা তাখি। মতম অমদা মীনা য়ামশিলকতুনা ভারতবর্ষ লৈপাকী অয়াম্বা মকমদা শিন থুংখি। সিন্ধু তুরেনগী মপানদা তাখি হায়ত্থনা মখোয় অত্থবু হিন্দু হায়না খংনখি। হিন্দু হায়বসি মতৌ অস্থমনা ওয়রকপনি হায়না হায়নরি। হৌজিকী ;মতমদা হিন্দু হায়না খংনরিবা পুম্নমক অসি আর্য্য হায়রিবা ফুরুপ অত্থগী মচা মস্থনি হায়না খংনরি। আর্য্য লাকত্রি-ত্তৈদা ভারতবর্ষদা মহৌসানা লৈরম্বা খুপুত্থবু অনার্য্য কৌই। অনার্য্য হায়বদি, আর্য্য নতব ফুরুপপু হায়বনি। অনার্য্য পুম্নমকস্থ মতম অমদা হিন্দুগী লাইনিং-লমচং লৌখি। আর্য্যগা চারো যৌরোনবা য়াওখি। আর্য্যগা অনার্য্যগা য়েংনখিবা অত্থদগী সাগৈ পুরুপ চোংথোকখি। হৌজিককী মতমদা ভারতবর্ষদা চণ্ডাল, কিরাত, ভীল, কোল, দ্রাবিড় সাওতাল অসিনচিংবা পুম্নমকসি ভারতবর্ষদা মহৌসানা

লৈরবা ফুরুপ মকতনি। ভারতবর্ষ তম্পাকতা আর্য্য, অনার্য্য হায়রবসি মতৌ অমুম্মা খায়থি।

২৮। হৌজিক মতমগী অথংব অহৈব ইবুঙোসিংনা চিংথক্তা লৈরিবা মীয়ামবুদি মঙ্গোলিয়া হায়রিবা ফুরুপ অহুগী মচা মমুনি হায়দুনা হায়রিয়ে। মঙ্গোলিয়া হায়রিবসিদি আর্য্যদগী সক তোঁতানি।

(ক) মঙ্গোলিয়া হায়বসি লু-তাং তেনলি, চেকসিললি। কোই লাংকপ হৌই ; তু য়াম্না লিকনা পান হৌই, সমতিন্তি, মিং থুই, চাইরুং চাওই, মাইদি পোমথা হৈথানৈ।

(খ) আর্য্য হায়রিবসিনা চাও সান্তি, লুতাং চাওই, সম খোইরপ তাই, উন পায়, মিং চাওই, চংখোললি থম্বালনৈনা মালি, নাতোন সান্তি, তুমথি, কোলি, তু-কোই চংখোল্লি, হেক ম্নেংবদা সিং হৈবগী মওং মালি।

নোংচুপকী লাইরিক লাইস্নু হৈবা ইবুঙোসিংনা ঐখোয় মীতৈ বুম্নু মঙ্গোলিয়ানি হায়দুনা হায়রিয়ে। মঙ্গোলিয়া হায়রিবসিবু মখোয়না অতোনবা ফুরুপকী মীনি হায়দুনা হায়বা লৈতে। আর্য্যগী ফুরুপ নত্তে হায়বত্তনি। আর্য্যনা লৈরিবা লৈপাক্তা অতো-নবা ফুরুপকী মীমু লৈবগুম্না মঙ্গোলিয়ানা লৈরিবা মকম চিংথক্তমু অতোনবা ফুরুপকী মী পিকথননা লৈরিবনি। জমচং য়েংদুনা অচৌববু অচৌবা হায়রৈ, পিসকপু পিসক হায়রৈ। থাগী, জপান হায়রিবসি মঙ্গোলিয়া মতকনি। হৌজিক মতমদা থাগী হায়রিবসি ফুংথিন পোপয়াইগী মুমিংনি হায়রিবনি জপান হায়রিবসিনা নৌন হুমদোরকপা কোয়ৌ লাইনি হায়না হায় নরিবনি। তেংবানবদা

নিংখিবা কজবা পুখোরকপসি থাদীনা মতামদে হায়না হায়নরি-
বনি। হোডসোন হায়বা সাহেব অদুনা খাদী লৈবাকপু সোয়া-
রেনগী লৈবাকনি হায়দুনা হায়রম্মী। মখোয় অসিবু অতোনবা
কুক্কপকী মীনি হায়দুনা হায়ক্করবদি তাইবং পানবসি মথক মথা
খোক ওনগদবনি। হায়রবদি, তুমিং হুমনিগী মপুংদা লান
হৌগদবনি। মীতৈ ঐখোয়গী তুমিংনা চায়থঙ্গদুনা লৈজ লাইরনা
লাইরিক লাইসু তমজবা তমখিদ্রে হায়দুনা মীনা ঐখোয়বু
অতোনবনি হায়বদুদা ঐখোয়না সুমহৎতুনা লৈরুবা য়াদে। মতম
অমদা থাগীবু তম্মমি হায়দুনা খাগেম্বা নিংথৌ হায়দনা হৌজিক
কাওবা মীতৈ ঐখোয়না সোয়রি। মীরৈবাকী মীনা ঐখোয়বু
অতোনবনি (হাওনি) হায়দনা থননরিবসি অতৈ মরমনা নত্তে,
তেংবানবসিদা চিংদা তম্পাক্তা লৈরিবা পুম্নমকসু লু-হেনবা, মহৈ
মশিং চপ চানা তমদুনা লোইরে; অতোনবা হাওদদি মহৌসাগী
মহৌসা অদুমক লৈরে। অদুগুম্বদনা ঐখোয় মীতৈসু হৌজিক
কাওবসিদা স্কুল কলেজগী মনাক নকচক্কবা তম্নদবা মরমদগী মীরৈ-
বাকী মীনা বাখল নত্তবা থনবিদ্রবনি। মীতৈ ঐখোয়না লাইরবা
মরমদগী স্কুল কলেজগী মনাক নকপা তমজদে হায়বসিদি মীরৈ-
বাকী মীনা উরিখিদ্রে। মরম অসিনা লাইরবা কোকননবা লম্বি
খিদুবা য়াখিদ্রে। হৌজিক মতমদা অচৌবা ব্রাহ্মণ ওইরবসু
লাইরিক লাইসু হৈত্রবদি 'জ্ঞান বিজ্ঞান থংত্রবদি, ইনাক কৈরাক
খুনত্রবদি মীয়াম লৈদনসু কানদ্রে; অকরা সাগৈ ওইদনসু মীনা
থংবিদ্রে সোয়ারেনগী মচা মসুনি হায়দনসু করি তৌরগনি,
কনান থংবিগনি। ব্রাহ্মণনি হায়দুনা কনান উাসিংপিগনি।

হৈরবদদা, শিংলবদদ', ইনাক-কৈরাক থুংলবদদা মীনা খংবিরে। অদু নত্রবদি মুংথিন পোপোপতা মীনা উবা ফংদবা মতম অমা ওইরে। মীনা হাওনি হায়দুনা হাও ওইরুগদবা নত্তে, ক্ষেত্রীনি হায়দুনা চাওখৎলুগদবা নৈতে, সোরারেনগী মচানি হায়দুনা হায়বিরবসু করিসু থোইনা হেননা চয়াওরুগদবা মরম নৈতে। মহাক মহাকী তৌভমবু অদুমক নৈজরিবনি। হৌজিক অসিদ'দ হৈত্রবদি য়ামা তোলে, হৈরবদি অচৌবমকনি। তাইবংপানবা সিদা মীনা অমুক তৌবা ঙমদবা নৈতে। নিংবগী মতুং ইন্না থৌরম তৌজরবদি নিংন উপানগী মহৈবু ফংভম থোকই। ফেংলগা লভিবমকতনি; অদুতদা মীগী মমিং থললিবনি।

২৯। আর্য্য হায়রিবসিদি ফুরুপ অচৌবা অমনি। পনথোক্লা মখোয়গী ফুরুপকী ওয়জনিঙি। অদুমনদি নিংলগা ওয়গে হায়দনসু য়াব নত্তে, ওয়রোই হায়দনসু য়াবা নত্তে। মীতৈ ঐখোইনা আর্য্য ওয়রমদতুনা আর্য্যদা তাংজরমলবদি তুংদা 'তাংজবা' হায়ব মিংচৎ থীব অমতং ওয়গনি হায়না খনৈজ। মীতৈবু আর্য্যনি হায়দুনা মরি মখোং পুথোকপা ঙমলবদি ওনথোক্লা চাওপ্রবা মপা নৈতবা থৌরম অমনি। মীতৈনা আর্য্যগী মচা মগু অশেংবা ওইরবদি হৌভম সাৎকম থিনরকপদা সোয়দনা ফংভম থোকপনি মসিগীদমক থিনরকপা মতম কুইরে; হৌজিক কাওবা ফংদবসিনদি পুক্নিংদা ওনথোকনা চিংনবা পোকলে। হোডসোন হায়রিবা সাহেব অদুনা ইবঙ্গা 'মীতৈ' হায়রিবা লাইরিক অমুদসু মীতৈবু আর্য্যনি হায়বসি হায়রমদে, নিংথিবা অরু-অহেন

থংবা ফুরুপ অমনি হায়বা মথৌ হায়রম্মী। হৌজিক মতমদা ময়াংগী লাইরিক লাইসু হৈবা ইবুঙোসিংনা মীতৈগী বারিনি হায়দুনা লেঙিবা খিবিক অসিদা মীতৈবু থোইদোকপা অকবনি হায়বা উদে। মখোইগী বাহৈদা, "মণিপুরীয়া অর্জ্জুনের পুত্র বভ্রুবাহনের বংশধর বলিয়া পরিচয় দেয়।" হায়রিবসিদি, "মীতৈ হায়বসে অর্জ্জুনগী মচা বভ্রুবাহনগী মচা মসুনি হায়দুনা হায়জে।" বাহৈ অসিনা মীতৈ ঐখোইবু থেমজিনদনা থমবি। অরেপ্পা বাদি মখোয়না হায়বিবা লৈতে। নিংথৌ পালি ফুরুপ অমবু অতোনবনি হায়দুনা হায়গদবসিদা মখোয়না ওনথোকনা কি ভুকচনা তৌরি। মখোয়না ঐখোয়বু হাওনি অতোনবনি হায়দনা হায়জনিঙি। মখোয়না কোংদোকত্রবসু মখোয়গী মবুক-নিংদা লৈরিবদুদি ঐখোইনা উজরে। মীতৈ হায়বসিনা আর্য্য ওয়দব ময়ম অমা লৈবনা অথংবা অহৈবা ইবুঙোসিংনা মীতৈগী অরেপ্পা অমতং ইবিরমত্রবনি। ঐখোইনদি আর্য্যনি হায়দুনা হায়জে, মখোইনা মচেৎ অমতং থাজবিদে। মখোইনা ঐখোইবু আর্য্যরা হায়দনা মরি মখোং থিরুবদসু কংবা লৈতে। ঐখোইনসু মখোইদা আর্য্যমকনি হায়দনা থংনকম খুদম অমতং পুথোকতুনা উৎলুব ওমজদে। পুরমকসি চিন কাংজৈমকতা মওয়রে। কনাগী বাসু কনানা থাজবিদে। হকচাং কায়াংকৌ থংনভম ওয়রিবা Anthro pology ( এনথো পোলোজী ) হায়রিবা 'বিজ্ঞান' লাইরিক অসিনা বায়েং কাতিনি। মী অমগী হকচাং কয়াংকা অমগীগা মানরবদি ফুরুপ অমতদগী হৌরকপনি হায়না থংনৈ।

বিজ্ঞান অসিগী মতুং ইনদনা য়েঙকপদা মীতৈগা আর্য্যগা মানবা লৈখিদ্রে হায়রুনা হায়রিয়ে। মরম খিবিক অসি লৈবনা, ওয়গে হায়দনস্থ ওয়বা য়াদে, নত্তে হায়দনস্থ ওয়রোইদবা নত্তে। ওয়দবরুবু ওয়বা য়াগদবা লৈখিদ্রে। মীতৈ ঐখোইবু আর্য্যনি হায়বসি ওয়রোইদমাক্লে ইবুঙোসিং।

৩০। লাইরিক লাইস্থ য়ামনা হৈবা হায়বদি পুয়মক্তগী হেনবা থৌরম অমনি। হৌজিক্তস্থ নত্তে, থাইনদগী অসিংব অহৈবতনা মথক কাড়ুনা লাকলবনি। হৌজিক অসিদা মীতৈ ঐখোইগী মমুংদঃ নোংচুপকী 'জ্ঞান বিজ্ঞান' নাচিংবা নিংথিনা হৈবা ইবুঙো ইবেমসিং য়াম্না য়াওরে। অতুমনাদ ওয়রগা লাইরিক লাইস্থ লেংব কয়া য়াওনদ্রি। লাইরিক থর লেংবনি হায়রুনা ভৌনরিবসিস্থ ময়াংগী কীদম লৌহুনা লেংবনা অনস্থা ওয়রি ময়াংনা অমস্থং অতৈ অতৈ ফুরুপনা লেংবা খিবিক অহুবু মীতৈরোননা হন্দোকহুনা শেস্থনা অনস্থা ওয়রি। ময়াংগী পয়ার শন্দনা চিংবগী কীদম লৌহুনা লেংবনা অনস্থা ওয়রি। মীতৈরোনগা অতৈ অতৈ ফুরুপকী ময়োনগদি মানদে। মীতৈগী বাহৈ ইাননগা মখোয়গী বাহৈ ইাননগা করি অমতা মানদে। মরম অতুনা মখোয়গী পয়ার শন্দগী কীদম লৌরুবা য়াদে। হৌজিক মতমদদি লাইগী থৌজানদগী মীতৈগী অমা তোপনা চোংথোরকলে। মীতৈগীদ ভাংহুনা তৌরকলিবা ইবুকসে খোরায় ভরানা করি লৈবগে চায়হুনা য়েংবিনি। ইসৈনও চিংব তৌরকলিব পুস্থমকশিদ করি লৈবগে হায়হুনা মুননা য়েংবি-গনি। অয়াংপ লৈয়ে হাপচিনজগনি, অহেনবা য়াওরে ককথংচগনি।

মীতৈ ঐখোয়না লাইরিক লাইস্থ ইদবা মরমনা মীতৈরোন সিজিন-
দবা মরমনা মীতৈরোন চাওখৎলকপা লৈখিদ্রে, অরু অরুবা বারি
পুম্নমকপু মফম-মফান থংদনা মাংখ্রে। ঐখোয়গী লাইরিক
লৈতবসিনা, মীরৈবাককী মীনা ঐখোয়বু হৈতে, থংদে হায়দুনা
মখোই কানা হায়নরে। ঐখোয়বু হৈতে থংদে হায়বা বারি অদু-
তনা লাইরিক ওইনা লেংখোকতুনা, লাইরিক অদু মীতৈ ঐখোয়দা
য়েংলগা মমল অদুনা মখোয়গী পুকচাক সেন ওইগ্রে স্কুল কলেজ তম্বা
ওম্মুদ্রবস্থ ময়েক মসোনদবু থংজরবাদি মীতৈরোম্না লাইরিক লেংব-
সি'দ মীতৈ পুম্নমকন' ওঃদম থোকই। ব্যাকরণ তম্মুদনা মীতৈ-
রোনগী করিস্থ চাওখৎপ লৈতে। ব্যাকরণনা মীতৈরোনগী মনাক
চংবা য়াবা হৌনদে। মীনদি মহোই মহোইগী মরোন সিজিন্নব ওয়গা,
মীতৈ ঐখোয়দি করিগীদমক ইরোনবু সিজিন্নবা ওম্মোইদগে হায়ৎ
বসি কূপ্পা বাখন তৌবগনি। শূদ্রনা মরোম্না লেংবা লাইরিক্তি
মীতৈ ঐখোয়না লাইবক্তা কংলগা মীতৈনা মরোম্না লেংজবা
লাইরিক্তি করি চায়না লাইবা ওয়ফরোই? থবক ছৌরবদদা
থবক মসক থংব ওমৈজ, অবাৎপা লাই'ন অশেম্বা লাই পোকই।
কেংলগা লংাঙ, য়ৈংগা খোংঙি। খাংব কনব, তনদবা, লেপতবা
হায়রবা খৌরম অহুম্সিনা থবক পুম্নমক পাংলবান। কাং চিকই
হায়দুনা লাইরিক ওংহৌজ্রবদি ঐগীদমক কনানা পাশ ওয়রবগনি।
তিনাচকই হায়দুনা লৌ লিংহৌজ্রবাদ মফম অদুদা কৌ ওয়রগদবা
লৈতে। তেংবানবাসদা কনাগীস্থ লাইরিক লৈরম্বা নত্তে, পুম্নমক বারি
ওয়না লৈরম্মিবমক্তনি। কায়থংদা ময়েক মসোন পুথোকতুনা

লোইসিনখ্রবনি। অকোন-অহানবতনি। বেদ ফাওবা বারি ওয়মা লৈরমখিবনি। পিপ্পলাদ ঋষিগী হাকতকতা চাওর চাওরবা মুণি ভার্গব, কাত্যায়ন কহঙ্গীনা চিংবা পুম্নমক, মাইবদা চিনফানা লাইরোন তম্বগুবনা পিপ্পলাদ ঋষিগী মফমদা চিন-ফানা বেদ তমখ্রবনি। হৌজিক মতমসিদা মীরৈবাককী অহৈবা ইবুঙোসিংনা বারি লাইরিক লেংখিবা অতুদা মীতৈবু অফবনি হায়বদি থকলৈতনা; অত্তোনবনি হায়রিবদো করি অমত্তা লৌরুবা য়াদে। রাজস্থান হায়রিবা বারি লাইরিক অচৌবা অতুদা নিংথৌ ইবুঙো পামহৈববু (গরীব নোয়াজবু) হাওনি হায়দুনা ইলাই লাইনা হায়রি। লাইরিক অতুদা হায়রিবদি,—চিংগী হাও অকনবা অমনা মীতৈ লৈবাক্তা লান তারদুনা মীতৈগী মথক্তা নিংথৌ ওয়থি হায়দুনা হায়রি। অসি পুম্নমক অসিবু মীতৈ ঐখোয়না ইশাগী খিরুদবা মরমনা, পামহৈব ইবুঙোগী হৌভম খঙদবা মরমনা, হৌজিক ফাওবা অসিদা, রাজস্থান লাইরিক্তা হায়রিবা পামহৈববু হাওনি হায়বসি ককথংহনুবা ওমনজ্রি। মত্তৌররনি, থোইদোকনা চোনথররোই। মীতৈ ঐখোয়গীসু অথংবা অহৈবা য়াম্না চোংথোক-রকলে। মীতৈ ঐখোয়না তমশিনলুদবা খিজিনলুদবা মরমনা মীরৈবাকী মীনা মথোই কাপ্নিবনি।

৩১। হৌজিকী মতমদদি মীতৈ ঐখোয়গী হৌভম থিবসিতনা মীতৈ ঐখোয়গী থবক অরুবা অমনি। গোত্রগ, য়েক কা করি থোকনবা মাসিগী মরি মথোং খিজিনবা থোক্লে। রামানন্দী, গৌর ধর্ম্ম চংত্রিবৈঙদদি মীতৈ লৈবাক্তা 'গোত্র' লৈরমদে। 'গোত্র'

হায়রিবসিদি ব্রাহ্মণশিনি। য়েক হায়রিবসিদি মীতৈনা হৌরকপদগী সাগোলরকলবনি। মীতৈগী য়েক অসিনা মীতৈনা হৌরকপদগী হৌদুনা মহাক মহাকী মুরুপ অমমম খায়খিবগুম্না, ব্রাহ্মণগী গোত্র হায়রিবসিগু ব্রাহ্মণ হায়রিবসিনা হৌরকপদগী হৌরদুনা ব্রাহ্মণ অদুগী মুরুপ অমমম খায়খ্রবনি। অনিমকসি মরোংদি অমতদি ওয়রগা তিনসিনবা মতাং অমতং খোকই। মীতৈগী য়েক হায়রিবসিদি স্নামহী, পাখংবদগী হৌরকলবনি, 'গোত্র' হায়রিবসিনা শাণ্ডিল্য, ভরদ্বাজ, কাশ্যপ, গৌতম, মধুকল্য কৌশিক অসিনচিংবা ব্রাহ্মণশিংসিদা ওয়রকপদগী হৌরকলবনি। ব্রাহ্মণসিং অসিগী মচা মশু তারকপা পুম্নমকপু ব্রাহ্মণ অদুগী গোত্রনি হায়দুনি হৌজিকী মতমদা হায়নরিবসিনি। ব্রহ্মাণগীদি গোত্র হায়বসিনা হৌভম পোককম অরেম্বনি। ব্রহ্মাণ নতবা অতৈ অতৈ অসিনা গোত্রগী মখা পোলিবসিবু ব্রাহ্মনসিং অদুনা মহোৎবু পোকপ্রা, অদু নত্তনা ব্রহ্মনসিং অদুদা পকচা তাংজখিবা, অমতংদি ওয়রে। ব্রাহ্মণসিং অদুগী মচা ওয়রবদি, করি মরমদগী ব্রাহ্মণ ওয়বা ভমখিদবা, মসিগী মরমদু সোয়দনা লৈরমগনি চারো মোরোনবদগীনি হায় খোরম কৎলুদবগীনি হায়, অমতদি ওয়বা তারে। পুম্নমকসি খিরগা সোয়দনা কংভম খোকই। মীতৈ হায়বসিবু গোত্রগী মখা পোলবদি, গোত্রগী ব্রাহ্মণসিং অদুদি মীতৈগী মপা মপু পোকপা ওয়বা তারি। অসোয়মদু লাইনিংথো সোরারেনদগী হৌদুনা স্নামহী, পাখংবা অসিবু মীতৈগী অপোকপনি হায়রি। মসিগু খেৎপা য়াবা বানতে। অমসুং লাইনিংথো স্নামহীনা তাইবং মী শেমখি হায়বসিগু সাজিরবা বা নতে; মীতৈগী

লাইরা ওয়্যতুনা লৈরিবনি। শাণ্ডিল্যনচিংবা গোত্রগী ব্রাহ্মণ পুম্নমকম্ তাইবং মীনি। লাইনিংথৌ স্নামহীনা তাইবং মী শেমলবদি ব্রাহ্মণশিং অসিম্ স্নামহীনা শেমখিবা তাইবং মীশিং অচুগী মচা মচা ওইবা তায়ে। অসিনদি মীতৈ ঐথোয়গী বাখনদদি 'গোত্র'বুদি য়েকনা হানবা তারিয়ে। মরম অসিনা 'গোত্র'দা তিনববা কত্রা, য়েকতা তিনববা কত্রা মুননা বাখন তৌগদবা অরুব মতাং অমনি। য়েক অসিবু মৃৎথংতুনা 'গোত্রদা তিন্নবদি পাখংবা, সনামহীগী মকমদা লংজবা তারি। পাখংবা সনামহীগী মকমদা লংজরবদি মীতৈ ঐথোয়গীদি মাইকবা থোকতে। মীতৈনা মুখিং খুদিংগী হায়থরকলিবসিবু অসিনবু ওইরত্রা, খন্নভমনি। পাখংবা সনামহীসিবু 'গোত্র'না হান্নবদি—পাখংবা, সনামহীগী বারি, লাইরোনসিদি অরেম্বা ওইবা তারিয়ে। মসিনা অরেম্বা ওইরবদি মীতৈ হৌভমম্ থংব ওম্বগী নথৌ লৈতে। 'গোত্র'গা য়েককা মরি মতাং থোকনবগী বারিদি লৈখিদ্রে। অনিশিমক্তবু মীতৈগা মরাংগা মরূপ সানবগুম থোকই। রামানন্দী, গৌরধর্ম্ম চত্রিবৈঙ মমাংদা মীতৈনা গোত্র থংলমদে, গোত্র থংলমত্রবদি মতম অচুগী মীতৈ ইপা ইপুবু মপা মপু থংলমদবা তারিব্রা? মচুদি পুসিনবা য়াদবা বানি। অঙম্বা নিংথৌ ইবুঙোসিংগী হাকচঙা গোত্র শেমগ্রবম্ হৌজিক অসিদদি উৎনা রায়না কুম্না য়াকোইদবা ঈথক অমতং লাকলে। ঐগী ইপাবু কাওরুদনা মীগী মপাবু ইপানি হায়রকবসি থঙ্দবা মরমদগীনি। মীগী মমা মপাবু পিজরুয়গা ঐগী ইমা ইপানা মবুক থনগদবা নতে। ইমানা কি অমতং সেংচগে হায়বদি সেংহনবা ওন্খিদে, গুরুমাই লাকপদদি

লুপা অনি কৎপা ওয়থি। ইপা ইপু পোকপা ইবুঙো খল্লবদা ওনখোকনা থৌরাই লোকই।

৩২। সিরগা হৌনবীগি হায়রুনা তৌনরি। শ্রাদ্ধ সুমিৎ অদুদা পুরোহিত ঠাকুর অদুসু, য়ুম্ব,দুগা গোত্র তিনরবসু য়ুম্ব, অদুগী গোত্র ওইরদুনা, চাকহেন ভাহেনদুনা শ্রাদ্ধদু লোনবিরি। হৌজকদা ঐখোয়না, ওকালতনাযা পিদুনা উকিল অমা কাদুনা মোকদ্দমা লোয়াল তৌহলদি। মোকদ্দমাদু ঐখোয়না ওযজরবদা, উকিল অদুনা মোকদ্দমা কংথ্রে হায়রবদি কনানসু হায়নদে। অদুগুমদনা পুরোহিত ঠাকুর অদুবু পান মতপ অমনা 'খোরি'দুনা শ্রাদ্ধ লোল-হল্লি। শ্রাদ্ধ লোনবা লোইরগা ঠাকুর অদুদা অরামন থর তৌগৈ। শিরিবদুগী শ্রাদ্ধ থৌরম লোইরে হায়দুনা হায়রে, ঠাকুর অদুগী শ্রাদ্ধ লোইখ্রে হায়বদি হায়নদে, ঠাকুরনা লোয়াৎ লোনবা লাইখ্রে হায়দনদি হায়রৈ। কুশনা সারিবা ব্রাহ্মণ অদুদি গোত্র অদুগী অপোকপনি। পুরোহিত অদুনা অপোকপা অদুদা কম-কান, কোল-লিকনচিংব মথন তরা তরুক (ষোড়ষ দান) পিনবিরবনি। য়ুম্ব, অদুগা ঠাকুর অদুগা অনিমকনা তাননদুনা পিথোকখ্রবা পোৎলম তরা তরুকনি। অপোকপনা পেন্নে হায়রগা সিথ্রিবা মী অদুগী খুভম অচৌবা ওইবা ওমজৈ হায়দুনা পিথোক্লবা পোৎলম অরা তরুকনি। পিথোক্লবা পোৎ অসিবু কনান কংভম খোকপা লোশিং চাওবা ইবুঙোসিংনা রায়েন তৌথবিগনি। অচৌবা অমনা চানবিনবা হায়দুনা অওবা অমগা লোইনদুনা অথেনপোৎ কৎলুবদুবু, অওবা অদুনা কংথিদে। কৎচরিবা মী অদুনসু কংথিদে,

তচৌবা ইবুঙো অদুতনা কংখি। দান হায়বসিদি চনজিনবা য়াদে হায়না হায়নৈ। চন্দকী শ্রাদ্ধগী যে ড়ষ দান অসিসু পুরোহিতকা য়ুম্‌গা অনিদা চনজিনবা য়ারে ইদমালে খনজৈ। গোত্রগী ব্রাহ্মণ অসিবু মীতৈ ঐখোয়গী অপোকপর', অদু নতনা ব্রাহ্মণগীরা মীতৈ ঐখোয়না খনজৈ। ওনথোকপনিদা; হে মীতৈ লোইনদনা চংলমমবদি খরসু গুণাইরমগদবনি, মীনা হোইদুনা পুথিবসিমক্তদি খঙ্‌বদা ওনথোকনা খম্মোয় কায়খিয়ে! নোংদম্বা লাগী করম্বা য়াইক খোংনৈ লাকতুনা বাখন মরা তারগবা।

৩৩। অকববু লৌখৎনৈ, কানদবদুবু লংথোকনৈ। ইপা ইপুনা তৌরম্বা অদুবু থাব য়াদে, থারবদি লৈখা তায় হায়রবদি, নিমাই পণ্ডিতসু লৈখা তাব তারি, ভৈগচন্দ্র নিংথৌসু লৈখা তাব তারে। করিনা, মহোই পুম্নমকসি মপা মপুনা তৌরমদবা খবক তৌগ্রবমক্তনি। পুম্নমকসু মতম মতম অদুগী ঈথক মতুং ইনদুনা মপা মপুনা শিজিনরম্বা থুংলাই পুম্নমকপু শেংদোক খোংতোক-তুনা মতিককা চাবা লৈতেং তৌদুনা মীগী মমিং পেলহললিবা মকতনি। ঐগীসিনা কৈ হায়সসু হায়দুনা তৌনরিবমকতনি। মীতৈ ঐখোয়গীদি মতুগী পরেংদু লৈত্রমালে হায়না খনজৈ। ইপা ইপুনা তৌরমদে, ইপানা য়ারমদে. ইমানা য়ারমদে হায়বা বাহৈসি ওনথোক্লা অঙাং ওইবগী বাহৈনি। মপানা য়ারমদবা থুন অদুদা মচানা লৈক্কব তৌহৈদে হায়ব করিসু লৈতে। মমানা মপানা য়ারমদে হায়বা বাসে অঙাং লৌশিং তাঞ্জিবগী বানি। করম্ববু থমগনি; করম্ববু থাদোককনি; করম্ববু লৌসিনগনি অলস্থং করম্ববু

য়াগনি ; করম্বু য়ারোই, ৱাথন পুম্নমক্সি কুপনা তৌবিগনি।
মসিগী ৱাখল মরা হেক তাবদা পুম্নমক উনবাইমুক চিককনি।

[ক] লম্বী অকোইববু থাদোককমি, [খ] লম্বী অশম্ববু
লৌশিনগনি, [গ] ইশাদি থাদোক করোই। ঐগীনা ঐগীনি,
ঐনা য়াইজে। মীগীন মীগীনি মীনা য়াইজে। খংদবনা অকোইবনি;
অখংবনা অশম্বনি। ঐগী ইরোনদি ঐনা খংজে, মীগী মরোনদু
মীনা খংজে। ইপা ইপুনা ময়াং মরোন্দা তাংজদুনা লাইনিং থৌরম
তৌরমলে, ঐদি ময়াং মরোনদি খংবা খঙমজদ্রে। ময়াং মরোল
তমমুবস্তু ভমজদ্রে। অদুনদি লাইনিংবসিবু ওইবা য়াগদৌরিব্রা;
ইপা ইপুনা মতম অমদা চংনরমলবস্তু করি অমত ইথং হেক
খংদনা মপানথোংদা তৈদনা কয়ানি চংপা য়াগদৌরিবগে?
মীরৈবাকী মীনা হংলগা করি থুন্বিগদৌরিবগে? মথৌ করি
লৈবগে হায়দুনা লৈরগা য়াগদৌরিবা? ঐনা পোথাং পুরোই
হায়দুনা য়াগদৌরিব্রা? ঐনা মহাকা লান সোকনরুবা ভমুগদৌ
রিব্রা করি লৈবগে হায়বদুবু ইরোনন। খংজরবদি মীপী মরোন্দা সেং-
কায়না হায়বিরগা মরাইনা মরাই চায়জগদবনি। "আপন ভজন
কথানা কহিও যথা তথা।" হায়রিবা ময়াংগী ৱাহৈসে ওস্তোক্রা
সমঞ্জবা ৱানি। মীগা তাংনবা ভমকত্রবা মতমদা লৈথোকননবা
ৱাহৈনি। অমদি—"বিশ্বাসে মিলয়ে কৃষ্ণ তর্কে বহুদূর" মীতৈ-
রোন্দা "থাজবন লাজি" হায়রিবা ৱাহৈ অনিসে পোথানবা ৱাহৈনি।
মীনা য়েংকে হায়না য়েংলকলবাদ সেম্লেপ মাংবা ৱাহৈনি।
অদুনা মসিগু মা মিংত্রংসিদা শুমহংডুনা লৈবা চুমজ্রে। মীতৈরোন

নতনা মীতৈগী অকাব ওইবোইদৌরে। চৎনশ্রে হায়ৎহুনা নিংশিং-দনা লৈবিগনু। লম্বী থাসি হায়বা ৱানতে; লোন ওনথোকসি হায়বা ৱানি।

৬৪। মীতৈ হায়বসি গৌরীয়া চৎলকপদা লুখিবা নত্তে, য়েলহৌতৈঙদগীনু অরু-অহেন, অশেং অমাং থংনা পালকলবা ফুরুপনি। চহি লিশিং মুক মমাংদা অকনবা থম্বনা থোল্লম্বা ফুরিৎপু হৌজিকী বিলাত্তীনা থোইদোকনা হেনবা মথৌ লৈতে। কৗগে ফনেক হায়বসি থাইনদগী চৎনকল্লবা ফিথোননি। অসি-নচিংবা অরুবগীদা মীতৈগী মখল-মথা য়াম্না লৈরমমিবনি। হৌজিক কাওবনু অতুগী কৗদম লৌনরিবনি। ফনেক হায়বসিবু অতৈ অতৈ লৈপাককি মীনা মেখেলা অমুম্মা হায়নৈ। ভেংবানবদা লৈরিবা নুপীমচা পুম্মকনা থোননরমমিবনি হায়না থংনৈ। দক্ষ প্রজাপতি'গী মচা নুপী 'সতী' হায়বীদুগী বারিদা মেখেলা হায়বা ৱাহৈসি ফংঙি। মতমগী ইরাংনা মবোন মবোন ওইরকপগী ফনেক হায়রিবসিনু হাওগী ফিজেৎতা তাহনবিরে। হৌকিক কাওবনু মীতৈ নুপীগীদি ওনথোকনা ফজবা ফিজোন ওইগনি হায়না থনজৈ। মীতৈ হায়বসি থাইন সানৈ. য়ুনৈরমমি, ফজবা ফিজোন ৱাংলমমি হায়বসিদা ভুচুংঙুব য়াদে। ভেংবানবসিদা অচৌবনি, অহৈবনি হায়দুনা লৈরিবা পুম্মক সানৈ য়ুনৈরমমিবনি। মতমগী ঈথকনা কত্ত হৌথি পুম্মক হুমথিদুনা হৌজিকতি ইরুদা অমুমক থোরকইবনি। হৌজিকতি ফজবগী মহৈ য়াললে, অরুবগী মচুম তারে। ভেংবানবসি নুমিৎ থুদিংগী অমুম্মা মথক কারকফিবনি।

হৌজিকপু ঐখোয়না সাবৈ য়ুম্লেগে হায়রুনা হেক য়াবা থবক নত্রে। ইংরেজগী গ্রীককি বারি লাইরিক য়েংলগা, মখোয়সি ওনথোকনা মওং কজরমদবদগী তেংবানবনা ফীদম লৌনভম মকম ওইখি। অচৌবা ইবুঙোশিংনা মখোয়না ওইরকপা মওং অদুবু মখোয়গী বারি লাইরিক্কা ফোংদোকপসিদা মখোয়না করি অমত্ত ইকায়দে, করি অমত্ত ভুচুংদে। তেংবানবসিদা ভাইবং মী হায়বসিনা মতৌ অম্রম তৌদনা চাওথংলকপনি হায়বসিবু থংহনগে হায়রুনা সন্দোকখি। মীতৈ ঐখোয়গী ইপা ইপুদি আর্য্য নত্রেবস্তু পাথংবা, সনামহীদগী, হৌরকপনি হায়রগা মীতৈ ঐখোয়গী করিস্তু চোপকম লৈতে। লাইরিক লাইস্তু হৈতবসিনা মীতৈ ঐখোয়গী তোনথবা হায়বতু ওয়রবনি।

৩৫। লাইরিক লাইস্তুদদি মীতৈ ঐখোয় অসি হৌজিক মতমদদি হাংলবমকনি। হকচাং কনবদদি, থাইন ইপা ইপুগীতু কংত্রেবস্তু, চাং অমা কনলিব হায়বতুনি। ফীজেং চাকচা না লমচং-সাজংনা থংনভমনি। কুঞ্জা থাদবী হায়বা ফীজেংসি ব্রজ-গোপীগী ফীজেংনি। অকনবগী ফীজেং থোকতে। কুঞ্জা থাদতুনা লাকনবা য়াবঃ হৌনদে। অকনবা ইবুঙোশিংগী বারিদি য়াম্না তাইজ হৌজিক মতমদদি অকনবা ইবুঙোশিং থাইদোক্না ফাংত্রে। চাব থকপা মনিং থুংদবনরা? তিংকবা মরুপকী ইচু লৌরুবনরা অমতংদি ওইরে। থাইনগী ইপা ইপুদি থুংলাই য়াওদনা কৈ ফার-মরি হায়রৈ। ইপা ইপুশিংতুনা কলম্মী কলমদে হায়বসি মখোয়না সানরম্বা কুমৈগী ফীদম লৌতুনা হৌজিকী মতমদা মীতৈ ঐখোয়না

সানরিবসিনা থংনভম অমনি। লাকনবা কানবা চেন-চোংবা হায়বসি হৌজিক কাওবস্থু কুমৈ পুম্নমক্কা য়াওরি। অসি পুম্নমকসিবু ইপা ইপু হাক্তক্তগী ভৌনরকলবনি। থাইনৈঙেদা সানরম্বা জগোইগী থুংহংতা ইমা ইবেনধৌসিংনা, থুবাককা থুনমগা ওনথোক ওনসিন তৌতুনা সানরম্মী। অদুম্না সানরমমিবা জগোই থুংহংকি ইরাংদুদি মন্নুংগী বাহৈ ইচেন অমা লৈরমগনি। জগোই থুংহং অসিনা হায়রিবদি 'হে নিপা ওইবা অকনবসা' নহোংইসে, মুপী ওইরিবা ঐখোয়গী মকমদা, থুবাকক্কা থুংনমগা থোক ওনবংশুম্বনি। হায়বদি—নিপা হায়রিবসিদি মুপী ওইবগী মকমদা ওনথোকনা ওনথব থুই হায়বা বানি। ইবেনধৌশিংগী জগোই থুংহং উবদুদ', লাকচৈ হায়দুনা ; ইবেনধৌশিংগী মরক্তা চোংসিনখিদনা ইপুধৌশিংনা সাখিব কুমৈ মওং অদুদি খা চিকতুনা, থুদুম কননা পাইসিনদনা চোংকমন সাখি ইপুধৌশিংগী জগোই মওং অদুগী ইরাংদি—ইবেনধৌশিংগী জগোই থুংহংনা নোকনখিবা ইরাংদু উবদুদা লাকচৈ হায়দুনা মুগী ওইবগী ঈচেনদা তাওথরুবা হৌনদে হায়দুনা ইরাং উংখিবনি। মতৌ অদুমনা ইরাং থংনরিবৈঙ মতম অদুগী ইপা ইপুশিং অদুদি নোংশাগী পাঙন কলমমি। ইমা ইবেনধৌশিংগী জগোই থুংহংকি ইরাং অসিদি জয়দেব গোস্বামীনস্থু গতি গোবিন্দদস্থু হায়রি,—মেঘে : মেদুর মম্বর বন ভুব : শ্যাম তমাল দ্রুমৈ নক্তং ভীরু রোয়ং তামর তদিমং রাধে গৃহং প্রাপয়” মীতৈরোনদা হায়রগা নোংন অতিঙা মাইকোই থুমহংথ্রে, থামম থাগা ওয়রে অদুগী মথকতা লম্বিগী য়েং-ওয় অনিমকতা কুংনা হৌরব তমাল পাম্বি পরেংগী মসা

হায়থরকতুনা অমমবগি মথকতা থোইনা হেন্না মমঞ্রে। *কৃষ্ণ হায়বসে ওনথোক্না কিগন চাওগললি, ইবেমা ক্লাথে, নংনা থন্না থিনদোকপিরু। মমুংগী ইচেন অসি থংনন্নিতৈ মতম অহুদি ইমা ইবেন্না মচা মসুসিংবু বারকখিবা বাহৈদি'—"নপা নচা, নচিন ননাওসিংনা সিথিব লানবুংদা সিরুবা ওমত্রবদি ইচা নতে চঙককম্ন।" অসুম্না বারকলম্মী। হৌজিকী মতমদা তৌনরিব- সিগদি ওনথোক্না লাপরে। হৌজিক অসিদা ইমা ইবেনসিংনা মচা বারকচরিবা বাহৈদি—'মপান থোক্কম্নু, থংদে চান্নু।' অসিতনি। ইমা ইবেনসিংগী মরি মতাং সোনথখিদুনা ইপায়না লুত্তোন সাংথিনা ওয়গদমালে। ইসিংনা কংলগা উচুং কাওগংলি, ইশিংনা চাওরগা উচুং মথকতন্নু হী চংপা য়াই। অহুগুমদনা লৈত লাইব্নবনা চানিংবা কোংগায় চাব কংদবনা মরি মতাং সোনথিদনা ইমা ইবেনসিংগী সকচু মাংঞবনি। লোসিং মরোং তাঞবনি।

৩৬। থাইনদগী হৌদুনা মীতৈ ঐথোইগী লাই হন্নাওবা হায়হুনা তৌনরকপসি হৌজিকস্নু তৌনরি। হৌজিকী মতমদদি মীগী মীনোক থর চংলে। মীতৈ ইবুঙো ইবেমসিংনস্নু থন্না কজননবা মরোং অমসুং সেমদোকপিজ্রে। মসিবু করম্বা বাহৌদগিনো হায়দনস্নু থোইদোক্না থিনবিজ্রে। মীতৈগী লাই হন্নাওবা হায়রি- বসিদি ওনথোকনা লুঞবা কুবৈনি হায়না হায়নরিবনি। লাই থরোবা, মী থরোবা হায়রিব অনিসিগী হাকতকতা, লাইগা মীগা

*অপাম মুংসি ইচেনবু কৃষ্ণ কৌরি। হায়রিবসি মান্না হায়রিবহুনি।

বা ভাংনরম্লুসি হায়ম্লনা হায়নখিবা মতম অহুদগী হৌরকলবা কুমৈনি। লম লানবা য়াদবা, রাথন নত্তবা খনবা য়াদবা অরুবা কুমৈনি। লাইসিংনা তৌনরম্বা কুমৈ অহুগী কীদম লৌহুনা সামরিব কুমৈনি। তেংবানবগী মপু ইবুঙোনা থুপলবা মকমদা লৈহুনা সানরিবা কুমৈ অহুগী কীদমতবু লৌহুনা তাইবং মী ঐথোয়না সানজবা কুমৈ অহুবু লাই হরাওবা হায়রিবসিনি। মীতৈ ঐথোয়না লাই হায়রিবসিদি বেদনা ব্রহ্ম হায়রিবসিগা অমত্তনি। হরাওবা হায়রিবসিদি লাই ইবুঙো অহুনা মুত্তাইবগী ঈপাক থকতা তাওহুনা সানরিব কুমৈ অহুবু হরাওবা কৌয়ি। ইবুঙো মহাকনা মুত্তাইবগী ঈপাক থকতা তাওহুনা সানরিবা কুমৈ অহুগী মওংবু লৌহুনা সানজয়গা তাইবংমী ঐথোয়গী অক মুত্তাই য়াইফবা হায়বহু ওইগনি হায়বা রাথন অসিদা, মীতৈ ঐথোয়না সানজরিবা কুমৈবু লাই হরাওবা হায়রিবসিনি। অসিবু থোইনা হরাওবা লৈত্রা হায়না হঙকপদা, লৈবনে হায়হুনা খুম্মি। অমসু লৈবনে হায়বদি হৌনবুং লাইরৈবাকী মুত্তাইবা কুমৈ অহুবু হায়বা বানি। মসিবু অতনসিংনা থোংলোন তরুক হাংবগী বা কৌয়ি। হৌজিকী মতমদদি 'ষট চক্র' হায়রগা থংনরে। লাই হরাওবা হায়রিবসিবু অরুবনি হায়হুনা হায়ববু মরম অসিননি। মীতৈ ঐথোয়না লাই হরাওবা হায়রিবসিবু ময়াং লৈপাকতা য়াস হায়ন থংনৈ। ওনথোক্ন লুথ্রব' লম লালুবা য়াদবা কুমোন হৌজিক আসদদি ওনথোক্ন' লাইনা তৌনরে। চিনবান থোংদি য়ামন' লুই হায়না হায়নৈ, মঙ্গংগী ঈচেনদি কনানসু থঙ্বা লৈথত্রে। মসি পুম্নমকসিবু পুম্নমককী লাইনিং অহুদি মীতৈ ঐথোয়দা অমতা ওইনা

পুম্নরে। হিন্দুনা তৌনৈ হায়দুনা ঐখোয়না অমূক মাখোকচবা লৈতে। হিন্দু মসেনদি দারুব্রহ্মগীতমক মৈচ্যাং পায়না খংনয়ি। অনোমদা মীতৈ ঐখোয়না পুকফবা ওইদুনা লৈজরি। অসি পুম্নমকসিবু উরুবদা বাখন মণ্ডন মণ্ডন খল্লদুনা টকায় মুংসি য়ানদুনা হায়রজে. মীতৈ ঐখোয়না হৌজিকী মতমদা নিংনরিবা, খুরমনরিবা লাইশিংসিগী মওং য়ামলে, নহা বাখন থেনবা ঐখোয়দদি পোলেপকম খংদদুনা করম্বা লাইবু খুরমলগা নিংবা থুংগবা হায়দুনা বাখন তৌদুনা লৈরিবৈদা নিংভম খংদদনা অদুমক তোকচরে, নিংভম খংখিদবনা খোরমন্থ পাংখিজে। মসিবু লেপকম অমতং নায়রবদি, মওং অমতাংদা লেপলবদি পুক্লিং অমতা ওইবা হায়বদুবু ওইগত্রা হায়দুনা হায়জরকপতদা লাই য়াখিজে হায়বা পাওজেন অমা থোকপিজে। পুকনিং অমতা ওইদনদি থবক য়াদে হায়দুনা লাইনিং অচনসিংনা হায়নরি :—

'প্রণবো ধনু: শরো হ্যাত্মা ব্রহ্ম তল্লক্ষ্য মুচ্যতে,

অপ্রমত্তেন বেদ্ধব্যং শরবৎ তন্ময়ো ভবেৎ ॥"

( অর্জ্জুননা লক্ষ্য কাপপগী বারী হায়গনি )।

(খ) অমতংগা ঐখোয়না নহা পুকনিং ওইনা খনজৈ :— ঐদি মুপীনি, ইবুঙো মহাকনা ইপুরোইবনি হায়বা বাখন অসিদা নিপ' ওইরিবা ঐনা লাইনিংজবসে য়াম্না অবাবা খোরম ওইগত্রা, ঙমদদনা লংজবা হায়বদু ওইগত্রা হায়দুনা বাখন তৌজৈ। মরম অদুনা মনাইনি হাবনা নিংবসিনা ফগত্রা হায়দুনা খনজৈ। মনাই ওইনা নিংবসিনা অকায়বা ওয়গত্র হায়দুনা য়েংবদন্থ লাইনিংগী অখোইমা স্বরূপ দামোদরনা হায়খি :— 'দাস্তশ্চ

সর্ব্বমূলংহি হিত জ্ঞানবতাং মতম।" (স্বরূপ দামোদর করচা য়েংবিউ) অসিতমি নহারূপ ঐখোয়না বায়েক চংজরিবা। লাইনিংলম্বীগী পন বাংমদা লৈজবদি নত্তে। পুম্নমকসিবু মীতৈ-রোম্না ভৌবা য়াগত্রা হায়দুনা নহারূপনা হংজখিবনি।

১৯। 'অপোকপা' হায়রিবা বাহৈসে ঙসি ঙরাংতগী নত্তে মীতৈনা হৌরকপদগীনি। ঐবু পোকপা, ইপাবু পোকপা,ইপুবু পোকপা, পুম্নমকপুম্মু পোকপনি। ইপা ইপু পুম্নমকম্মু তেংবানবগী মপুদুদগী মথং মনাও নায়না সন্দোরকলবনি। ইবুঙো মহাক নত্তনদি কনাবুম্মু কনানা পোকপা ঙমদে। মরম অদুনা তেংবান-বগী মপুবু 'অপোকপা' অম্মুম্না হায়জরিবনি। য়েক সলাই পুম্নমকনা মহাক মহাকী মপা মপু পোকপবু খুরমলে অম্মুমনা হায়রগা তেংবানবগী মপু অপোকপনা পেনখিরিবনি।

"পিতা স্বর্গঃ পিতা ধর্ম্ম পিতাহি পরমংতপঃ,
পিতরি প্রীতিমাপন্নে প্রিয়ন্তে সর্ব্ব দেবতাং।"

(তপোদেব ঠাকুরগী বারী থেংকনি)।

লৈসেমবগী মমাংদা সোরারেন সিদবনা তেংবানবগী মপূগী সায়োন ওইনা চোংথোকখি। তাইবং পানবা সন্দোকননবা হায়দুনা লৈমরেনম্মু সায়োন ওইনা থোকখি। অসিগী তুংদা পাখংব, স্নামহী অনিমকনা তেংবানবা মপুগী য়েংওয় সকতুনা সায়োন ওইখি। পাখংবনা লৈপাক ঙাকখি, স্নামহীনা য়ুমবুম খুদিংগী নিংথৌ ওইখি। লৈমরেন সিদবীনা তাইবং সমনবগী উকম মওং ওইদনা তেংবানবা সিননা থুংনা লৈদুনা, য়ুমবুম খুদিংদা

খোজানগী মসক ওইনা লৈরবনি। লাইশিংসিংবু ইন্নাংচন্নগা ইপা মরিগী, ইমা মরিগী পুম্নমক্না পেনবিরিবনি। তাইবংপানবদা মীখোই মীবেন ওইনা পোকইবা ইমুঙো ইবেমশিং পুক্নমকপু লাইনিংথৌ লাইরেম্বীগী সায়োননি হায়নরিবনি। স্নামচৌ, পাখংবা লৈমরেন হায়রিবসিদি সিদব (অমর) হায়রবচু ওইরনি। ওইনিংবত ওইদনা, ওননিংবত ওনদনা লৈখৎবা লাইমকতনি। চৌজিক কাওবস্নু উচেক ওননিংলে উচেক ওল্লি, লৌন ওননিংলে লৌনওললি, মী ওননিংলে মী ওললি। করিগুম্বা কাদোকতা তাইবং মী ওইনা কনাগুম্বগী মমুমদা বাই থুংউহনা থোজান মনা পিনবিরিবনি। মতৌ অম্নমনা থুদিন ফংনরিবা লাই পুম্নমকসিবু মীতৈ ঐখোয়না ইন্নাংচরিবনি। থৌ তৌখোক্নগা লাইথুং লায়না কোকনৈ; উসিন বাসিন তৌখোকলগা সিগদব নাগদব লৈরখোকই; অপোকপা, স্নামচৌ, পাখংবা, লৈমরেন থুরমহুনা থৌনিজ্ররগা নিংবা থুংলৈজে, সেন ফংনিংবনা সেন ফংজখি মচা মস্নু ফংনিংবনা মচা মস্নু ফংজখি। মতৌ অম্নমা তৌহুনা নিংবা পুক্নমকপু থুদক থুদকতা ফংনৈ। চুমনা বারিদ তৌহুনা মাংপোনদা চুঙায়বা বা নতে। ইপা ইপুনা তৎতনা, সোম্নরম্বিবা থুমমনরম্বিবা লাইনি। কনাগুম্বনা লাইনিং চেৎনুদনা লাইফংনখি। পুম্নমকৌ মথকতা অহম ওমখি। কনাগুম্বনা মীচিকথোন তাদবা মকমদা লাইনিংদনা লাই ফংনখি কনাগুম্বনা লাইবানা লাইরোননা পূক্নিং অমতং ওম্নবা নিংদনা লাইফংনদনা তাইবং মী মক্নপনা লাইনি হায়না হায়নখি লাইনিংথৌ লাইরেম্বা হায়রিবসিদি অথুপপা মকমদা লৈরে হায়দনা ইপা

ইপুনা হায়নরমখিবনি। অমানা কোকহনপিবা, পুজি তোলোই মায়কবা পিনখিবা লাইসিং অহুবু বেদশি ব্রহ্মগী সায়োন নত্তনা কনা ওয়গদৌরি, য়েংবিয়ু। মীতৈ ঐখোয়না হৌজিক্কী মতমদা 'অপোকপা' হায়হুনা হায়জখিবসিস্থু বেদনা ব্রহ্ম হায়খিবহুনি। অপোকপগী সায়োননি হায়না খংনখিবহুবুস্থু ঐখোয়না 'অপোকপা' হায়হুনা হায়জখিবনি। ময়াংনা থোনবা লম্বীদা মীতৈনা চংপা য়াদে হায়বা লৈতে; মীতৈনা থোনবা লম্বীদস্থু ময়াংনা চংপা শাদে হায়বা লৈতে। ময়াংনা ময়াং মরোন অহুমক লোনখৈ। মীতৈনা মীতৈরোন লোনখৈ। ময়াংগীদা সায়োন ওয়কখিবা ইবুঙোদো ময়াংনা লাইনি হায়না কংখি। মীতৈদা সায়োন ওয়না পোকলখিবা ইবুঙোদো মীতৈনা লাইনি হায়না খংখৈ। তেংবানবগী মপু ইবুংঙো অপোকপা (ব্রহ্ম) না মতৌ অস্তুমনা তৌহুনা মকম মকম থুদিংদা সায়োন (অবতার) ওয়না পোকপাসদা ইবুংঙো মহাক্কি মকম অহুদগী করি অমত লেংদে, ময়েং তাদে। মৈদগী মৈ চমলগা ময়েং তাহৌদবগুম্বনি। রামানন্দী, গৌরধর্ম্ম অনিসিনা মীতৈ লৈবাকতা চংখ্রিখৈদা তেংবানবগী মপুনা ময়াং লৈপাকতস্থু সায়োন ওয়না পোকখি হায়খিবসিদি মীতৈ ইপা ইপুদি তাবু তাম্নমজ্রিবনি। মীতৈগী লাইদগী হেন্না অতৈ থুরম-মজ্রিবনি। অসি পুম্নমকসি লৈবসিনা ইপা ইপুদি কারি অমতা খঙমদে হায়হুনা হায়বসিবু মীতৈ ঐখোয়না তাগদব পবেং খোঙে।

২০। মীতৈ ঐখোয়না তেংবানবগী মপু অপোকপা, পোকলেন পোকপা, সাংলেন সাংপা অসিনচিংবা মিংথৈবু,

তেংবানববু সেমখিবা, তেংবানববু পোকহনবা ইবুঙো অচুগী মিংথৈনি হায়দুনা সোয়রি। মীয়ৈবাকতা লৈব অতৈ অতৈ ফুরুপকী মীনা, মহাক, মহাকী মরোনদা মমিং অমমম থোনখি। তেংবানবগী মপু ইবুঙোবু, ব্রহ্মা লৈবাকী (অবালৈবাকী) মীনা মখোয়গী মরোন মতুং ইনদুনা 'ফুরা তারা' অমুমনা হায়। তথেনগী মীনা 'মাতাই' হায় লুসাইনা 'পাথিয়া', বিষ্ণুপুরীয়ানা 'দৌ' মুসলমাননা 'খোদা', খৃষ্টানা 'গোড', হিন্দুনা ভগবান, ঈশ্বর অমুমনা হায়। হিন্দু হায়রিবসিমু মীতৈ ঐখোয়না তৌনা সায়োন হায়বসি য়াই। মরম অসিনা 'রাম' কৃষ্ণ 'গৌরাঙ্গ' অসিনচিংবসিবু ভগবানগি সায়োননি হায়, মহোই অসিমক ভগবান মকনি হায়দুনা হানৈয়ে। মরম অসিনা, অবাব তারবদমু, মুঙায়রবমু রাম সোননিংলে সোলি, কৃষ্ণ সোননিংলে সোলি, গৌরাঙ্গ সোননিংলে সোলি। মীতৈ ঐখোয়মু রামানন্দী, গৌরধর্ম্ম চংত্রিহৈদদি,—লাইনিংথৌ, লাইরেম্বী ইপা ইপু পোকপা অমুয়া হায়দুনা সোয়রমখি। হৌজিক অসিদগী ময়াংগী লাইনিং লমচং লৌরুবনা, ময়াংনা সোলিবা লাইসোন সোয়রে, 'হরে কৃষ্ণ' গৌরহরি হে নারায়োণ হায়বা লাইসোনসিনা গৌরধর্ম্ম চংলিবা ঐখোয়না সোনজরিবনি ময়াং মরোনগী লাইসোন ওররবমু হৌজিকী মতমদদি মীতৈ ঐখোয়গী সিংলি তাংলি পুম্নমকতা চুপ্পবনি। অচুমনদি চুরগা মীতৈ অয়াম্বনা থংবদদি মথংখিত্রে। থংত্রবদি থনকাবদি থোকত্রে। ময়াংগী মরোন থংদনদি ময়াং মরোনগী লাইসোন থংব ঙমদে। ময়াং মরোন হায়বসিনা ইমা পুকমুংগী

লোন নতবনা তমুবদা ওনথোক্লা অরাবা থৌরম অমনি। চাযগী মমুংদা কনাগুম্বা লাইবক কবা অমা অনিতংনা চারম থকলম খংদনা, মযুম মকৈ থাদোকতনা তম্মুবক্তুতনা ময়াং মরোন খংবা ঙমমি। অতুম্তু চপচানা খংবা ঙমমি। চুমনা লোননরিবা মরোন সিমকম্তু খংবা ঙমনখিদ্রি। লাইনিং লম্বিগী বা হায়বসিদি ওনথোকনা মমুং হুনজিনখ্রবা বানি। মসিবু মরাংলোন খংরবা মীতৈ ঐখোয়না লোইনা খঙে হায়দুনা নাপন তৌকম থোকতে। মীতৈরোননা সোনবা লাইসোন ওইরবদি ওনথোকনা থুনা খংভম থোকই। মরম অসিনা হৌজিক্কী মতমদা খননগদৌরিবা ব খনদি, ময়াংগা লাইনিং লম্বী তিনরগা মীতৈরোননা লাইসোন সোলবদা মীতৈ অতুবু 'নাস্তিক' ওইকম থোকপ্রা, থোকতব্রা। মযাং মরোননা 'নাস্তিক' হায়রিবসিদি মীতৈরোনদা হায়রগা লাই হায়বত্তু ইয়া য়াদবা মী অত্তুবুনি।

২১। লম্বিদি তিন্নরগা মীতৈরোননা লাইসোনবা য়াদে হায়বসি লৈরোইদমাদে। তৌনখিদবা মরমদগী কোইরে হায়বদি য়াজনিংজি। গৌরধর্ম্মসি মীতৈ লৈবাক্তা চংহললমবদি নিংথৌরেন ইবুঙো চিংখংখোম্বনি। ইবুঙো মহাকমক্তা মীতৈরোন লোনগম্তু হায়বা য়াথং তৌরমমি হায়বা তাজবা লৈতে। ইবুঙো মহাকমকনা মীতৈরোননা লাইসোন সোনবা য়াদে হায়দুনা মীতৈ পুয়মকপু থিঙমমি হায়বা য়াথংম্তু তাজবা লৈতে। অথোইবা নিংখৌনি; বায়েন পথাপ কায়না চংলমগনি হায়বা নিংজদে। মীতৈরোননা লাইসোনবা য়াদে হায়বা বাসিবু মরম ইলৈ লৈতনা

হায়রমলবদি ভুংদা লৈবাক ময়াং হৌগদবা মরম য়ায়া লৈদ্রে। মসিমকপু কনাগী হাক্তংগীনো থিবদি খোকপনি মমা ফুকচুংগী মরোন হায়বসিদি মমং-মহা, সিংলি তাংলি, ভুরৈ-ফুখোং ফাওবা চুপ্লবনি, মহুবু মাখি হায়রবদি বাকাই য়ায়া লাকপা খোকই। মরোন মাংলবদি মপা মপুবুসু মাংখি হায়বা বানি। মপা মপুনা অমাংবা ওইরবদি মচা মসুদি করমনা অসেংবা ওইগ-দৌরিবা। অতোপ্পা ফুরুপকী মী অমনা মীতৈরোন মাখি হায়বদো ভুংদা হায়জবনি। মরোন ইরোন তিনরিবা লমচৎ তিনরিব', হৌভম সাংকমসু তিনরিবা ফুরুপ অমতগী মী অচুনা মরোনবু মাখি হায়রবদা মপা মপুগী মকমদা সোয়দনা লংজরবনি। মসামকনা হায়রদি থমলদন', মীনা হায়বা থাজরুদনা মরোনবু মাংখি হায়চুনা থরুবদা ওনখোকনা চাঙ্লবা লংজবা' অমা ওইরিবনি। ইরোনবু ংতোমতনা মাখি হায়বা বাসে, চিন-য়া সোকপা বানি। লাই ওইপ্লবা ইপা ইপুবু ইরোননা কৌজরবদি তাবিগনি হায়না নিংলৈ। করিগীনো হায়গনি,—ইপা ইপু শিংদো মীতৈরোন লোনদনা নোংগাক্রবনি। ইপা ইপুনা লোলম্বা মরোনচুদি লাইরোননিবু হায়জনিখি। ইপা ইপুশিংচু লৈরমজ্রবদি ঐখোয়না হৌজিককী মতমদা মীরৈবাককী মমাংদা 'মীতৈ হায়চুনা উৎপা ওমজরোইদবনি। মীতৈ ঐখোয়তনা ইপা ইপুশিংদ্রবু লাইনি হায়চুনা হায়জনিংখি। মহোইগী বাখী তারগা য়ায়কবা হায়বচু ওইগনি হায়না থনলৈ। ইবুঙো ইবেমশিংনা, খোইনা হেননা খংবিরিবনি,—হস্তিনা হায়বা লৈপাক্তা জন্মেজয় কৌবা

নিংথৌ অহুনা মপাবুংবু লীননা চিকতনা সিথিবা মরমদগী, মুক্তারভহুনা ইরাং অচৌবা অমা ভৌথি। লীন পুরমকপু কৌণহুনা হাংথি। মহুগী লুংজবনা, মপুং ওইথিদনা মসাদা লাইথুং পানথি। সংগায়নচিংবা পুরমক মকসিনথি শগোল শামু মরাই ভাথি। লনথুমগী পুগৈ ময়েং তাথি। খুদম পুরমকসি ওইরকলবা মতমদা জয়েজয় নিংথৌনা পাদৈ লাম্বা কংথিজদনা লাইনিং অহনশিংগী নাকতা চংজথি। লাইনিং অহনশিংনা মপা মপুনা ভৌথিবা কুমৈ পুরমককী ৱারী তাররদি লংজরবা থিবিক পোকনী হায়হুনা হায়বিরকই। লাইনিং অহলশিংগী ৱাথং মতুং ইন্দুনা, জয়েজয় নিংথৌনা মপা মপুশিংনা ভৌথিবা কুম্মৈগী ৱারী তাথি। মপুথৌ শিংগী ৱারী অহুবু তাব বেক লোইবদা লংজবা থিবিক কোকথিদনা লাইজ ভুরেনগী ঈশিংগুরা শেংজথি। লাইথুং লাইনা কোকচথি। পুগৈনচিংবা চাওখংথি। 'লাইনিং অহনশিংগী মকমদা ৱারী তাথিবদগী মপুথৌ মবেনথৌনচিংবগী হৌভম সাংপম খংদনা মুক্তারবগী ঈপাক্তা তাওথি। জয়েজয় নিংথৌনা তাথিব ৱারী মপুং অহুনা লাইরিক অচৌবা অমা ওইথি। লাইরিক অহুবু মহাভারত হায়না খোনথি। জয়েজয়না ৱারীসিবু তারমজ্রবদী অমসুং লাইনিং অহনশিংনা লিরমজ্রবদি মহাভারত হায়রিবা লাইরিক অচৌবাসি ভাইবং পানবনা খংনরমমোইদবনি। মরম অসিনা ইপা ইপুগী ৱারী থেব থোকই। ইপা ইপুগী ৱারী তাররদি লংজবা কোকনি। অমসুং মীনা লাকচবা ওমলরোই। কনাগুম্বা অথংবা অহৈবা ইবুংোশিংগী মনাক্তা চংহুনা খনবা

মতাং ওইরে। করিনা, ময়াংগী লাইনিং অহনশিংনা লেংখিবা শাস্ত্র, পুরান খিবিক্তা মীতৈ ইপা ইপুগী হোৌভম বারি লৈত্রে হায়রবসি, হৌজিককী মতমগী অথংবা অহৈবা ঐবুঙোশিংনা ইরাং অমা উনরক্লে। শাস্ত্র, পুরানদা হায়রিবসিগা মীতৈ ইপা ইপু হোৌভমগী বারিগা ভিন্নরবদি ঐখোয়গী ওনখোকনা লাইবক করা ওইগনি। ভিনরমঞ্জবদী থবক পুন্নমক ইনৌ নৌথবা তারি।

২২। চয়োম ভরেংকী বারী—লাইনিংথৌ সোরারেনগী বারী; অমসুং সনামহী, পাখংবা হোৌরকপগী বারী; সনামহী পাখংবদগী হৌরকতুনা য়েকসলাই হায়বসি খায়রকতুনা হৌজিক হায়বসিদা মীতৈনা য়েক সলাই খায়না লৈরিবসিনা মীতৈ হোৌভগী বারীসিনি। কনাগুম্বনা অথোইবা বারি থংবা লৈরবস্ত মীতৈ হোৌভমগী বারিসিদা থেংচিনগনি। লিখোন মচা ময়ামনা ভিনদনা তারগা থোৌরী অচৌবা অমা অতুনা শামু পুননরিবনি। অতুগুমদনা ময়ামনা তারকপতুনা পুমশিন্নগা বারী মপুং কাগদৌরিবনি। ব'রিনি হায়তুনা উতার পরেং চাত্ত্রবদি উগা বাগা শম্নবগুমনা থোকই। মতুবু হেকনা শৌখংলুবা য়াদে। মীতৈ হোৌভমগী বারিসি হায়লরকপদ কনাগুম্বনা হায়—মীতৈ লৈবাকসি 'মহাদেব'না সেমব'ন 'মহাদেব'গী ত্রিশূলনা চিংমুং হুংহোকতনা ইসিং চেন্থনাখিদনা লৈপাক কাওগংহনখি। অতুদগী মহাদেবনা চিংথকতগী তাংখুল হাও সঙ্গু পুথরকতনা লৈপাক অমা সেমখি। তাংখুল হাও পুন্নমকপু মহাদেবনা হরি সোলু চায়তুন তাকখি 'হরি' হায়বসি থোকতদনা 'হোই হোই' হায়রখি। অতুগী তুংদা হরি হরি হায়বসি

থোকখি। অদুনা তাংখুল হাও হায়বসি মীতৈগী মখা মপুনি; মীতৈনা হৌরকপবু মতৌ অসুমনা হৌরকপনি হায়দুনা কনাগুম্বা অথংব অতৈ বা ইবুঙোসিংনা হায়নরি। বারীসিবু অচুম্বরা, অসেম্বরা হায়দুনা বায়েক চঙকপা মতমদা কনাগুম্বনা য়েংখি। 'মহাদেব' হায়রিব বাহৈদি মীতৈরোন নত্তে 'সংস্কৃত'সু নত্তে, ময়াং মরোনি; সংস্কৃত ওয়রবদি 'মহাদেবঃ' বিসর্গ য়াওগদবনি।

(ক) মীতৈ হৌভম বারী হৌরকপমক্তদা ময়াং মরোন য়াওরবদি খঙ্গক অমা লৈরে।

(খ) তাংখুল হাওদি মখোইগী লোন্নি। মীতৈরোনসিদি কনানা মখোইদা তম্বিবনো? সোইদনা মহাদেবনা তম্বীভম থোকই। অদুদি,—মহাদেবগী মরোলদি মীতৈরোলসি ওইবা তারি। অদুনদি, মীতৈ হায়বাসি লাইরোন তাংখুন হাও ওইগনি।

(গ) 'হরি' হায়বা বাহৈসিদি ময়াং মরোননি। মীতৈরোন লোন্নিবা মহাদেবনা করমনা খংভম থোকপা? মহাদেব হায়বাসি ময়াং ওইরবসু মীতৈরোন য়ামনা সেংনা হৈরম্বা তারে। অসিন-চিংবা য়েংকম লম্বিসি বারীসিগী মসাদা য়াম্না লৈদ্রে। য়েংকম লম্বীসি য়ামনা লৈবা মরমনা বারীসি তসেম্বা বারীনি হায়বসি অসোংবা বানি। মরম অসিনা বারী অসিগুম্বসিদা ঊগা বাগা সমনবা হায়বদু থোকই মসিবু মীগী মমাংদা পুথোকতুনা লিক্করবদি মীগী নোকভম অমনি। মীতৈনা লাইপাংগনবা হায়বদুবু ময়াংনা মহাদেব হায়রিবসিনি হায়দুনা কনাগুম্বনসু হায়রৈ।

২৩। হৌজিককী মতমদা মীতৈনা লোননরিবা লোন অসিদা ময়াং মরোননা নমলে, গুরু, শিষ্য, সেবক মতিক মগুণ আসগুম্বা বাহৈসিনা মপুং ওয়রে। মাইব মাইবীনা লাইরোন হায়বা লোইরগা হরে রাম, হরে রাম অমুমনা হায়না লোইসনলি। মীতৈরোনদা ময়াং মরোন য়ানখিবসিবু কয়ি মরমদগীনো হায়দুনা খিনরকপদা, মীতৈনা তিনরুবা মরুপ অদুগী মঙানদগীনি হায়বসি অরেম্মা বানি। অমদি, তিমরুবা মরুপ অদুনা মীতৈদগী হেনখিবা, মীতৈনা মখোইদা পকচরুবগুম, তাংজরুবগুম অমতা ওইখিবননি। অদু নত্রবদি অতোপ্পা ফুরুপ অমগী মরোনবু অতোপপা অমদা চোংশিনবা হৌনদে। মীতৈ মরোন হায়বসি য়েলহৌতৈদগী ময়াং মরোনগা তোরোৎনরকপ্রা হায়বমু, মচিঙৈদা লোলনরম্বা মীতৈ রোনদদি ময়াং মরোন মচেৎ অমতা য়াওদে। মরম অসি নৈনব অসিনা, মীতৈরোনদা ময়াং লোন য়ানসিনখিবসি মরকতগীনি হায়বসি থাংগৈ সেংলবা বানি। হৌজিককি মতমদা চৎনরিবা, হায়নরিবা খোগন লোন্দ—"আজ্ঞা ইবুঙোগী শ্রীচোয়োম্দা তোলবা ননাইনা মত্রাভক্তিগা লোইনদুনা নিবেদন প্রার্থনা তৌজৈ। আজ্ঞা ইবুঙোনা কৃপা পরবশ ওয়বিদুনা দাসগী অমুদাস ওয়রিবা ননাইবু গ্রহণ তৌবিদুনা সফল মনোরথ ওইহনবিগনি হায়না আশা তৌজৈ। ননাইবু চারিধাম পরিক্রমা তৌরো হায়দুনা আদেশ তৌবিরবমু দন্তে তৃণ ওয়দুনা আদেশ পালন তৌজগনি।" অসিনচিংবা বাহৈ নিংখিবসিনা হৌজিকী মতমগী চৎনবী ওইরিবে। হৌজিকী মতমগী অখংবা অহৈব ইবুঙোসিংন। মীতৈ হৌভমগী

ৱারী লাইরিক লৈ হায়দুনা হায়রি। তাবদা ওনথোকনা মুঙাইজৈ। লাইরিকসিং অদুগী মমিংদি—ধরণী সংহিতা হরিমনি পূরাণ কৌরি [হায়না হাইরি লাইরিক মমিং হেক তাবদা ওন্থোক্না তনখিবি। করিনা—অসোমদদি মীতৈ হৌভমগী ৱারীনি হায়রগা লাইরিক মমিংদি ময়াং মরোনগী মিংথোন ওইরমমে। অসিনদি লাইরিক পুরমকসি লেংব কুইত্রি হায়বসি অতাংবা ৱানি। হৌজিককী মতমদা তৌরকলিবা ইরাংসিনদি মতম অমদা মীতৈরোন ৱাওরগনি হায়বা উদে। ইরাং পুরমকসি উনরকলদুনা মচিটৈঙদা ওনথোকনা তোননা লৈজরম্বা ময়াং পুরমকনা মীতৈগা মহোইগা লোনন্তিনরে, লমচৎসু তিনরে, চারো মৌরোনবা ৱারি হায়দুনা মথোই কম্না হায়নরে। নবদ্বীপ-নচিংবা লাইকমদা চৎলুবদা মীতৈ ঐখোইসি ময়াংগী মথুৎ চারকলবমকতনি। লাইকমদা চাক থোংলিবা ব্রাহ্মণ ঠাকুর অদুসু ময়াং শূদ্রনা সোকপা ঈসিং থকলিবনি। শূদ্রনা থোংবা হৌবায়দা থুম থাকতনা চারিবনি। ঠাকুর ইবুঙোদা, অমাং সংদা চৎলুরগা কি তুমজিবনি। লাইকম চৎলুরিবা মী অদুবু ময়াংগী মথুৎ চারুরে হায়দুনা বায়েক চংলুবদা, লাইকম চৎলুবা ইবুঙো ইবেমসিংনা থুম্মী—তীর্থদা বিচার লৈতে; অমাং অসেং থিনবা হৌনদে হায়দুনা থুম্মি। অদুনা চুম্বসু ওয়জরসদু থবক-তদি, তীর্থ চৎলুবদা মীতৈ ঐখোয়না ময়াংগা তোরোৎনবা লমচৎ অনৌবা তমজরক্লবনি। কনাগুম্বা ইবুংঙো ইবেমসিং অমনা হৌজিকী মতমদা ময়াং মরোন ৱান-ৱাম্না ডাংলবদি অথংবা অহৈবনি।

হায়চুনা মীনা য়াম্না লুনা তৌখি। অসিনদি মীতৈ ঐখোইনা ময়াং মরোনসিবু য়াম্না পামজবা ইয়াং অমত্তং ওইরকলমাদে হায়না খনৈজে। লুসাইনা, ইংরেজী ময়েকপু মখোয়গী লুসাই ময়েকনি হায়চুনা হায়জবত্তুদা ঐখোয়না নোকনৈ। মীতৈনা ময়াংগী লাইরিকপু মীতৈ লাইরিকনি হায়বসিদা কনানা নোক্নগদোংরবা। হে নোংদম্বা লাই ইবুংঙো, নংনা খঙি। তৌনরক্লিবা ইয়াংসিনদি মীতৈ ঐখোয়সি মতম অমদা ময়াংদা পুমতাং তাংজবা তারি। মীতৈ ঐখোয়না লোনবাসদা, মীতৈরোন ইয়াও য়াওদনা কত্রা, অচু নংতনা মীতৈরোন, অসিতনা তসেং তসেং লোমব—সিনা কত্রা, বাখল তৌনবা মতাং অমনি। ময়াংলোন মাত্ত, থাদোকাস হায়বগীদি নত্তে, মীতৈনা ময়াং মরোনদা তাংজশ্নবাদি, ইপা ইপু তুক মীয়াম্বনা খোকত্রা। অমস্তু মীতৈনা মীতৈরোন থ দোক্লবা তুংদা ইপা ইপুগী হৌভম খিবদা অয়াব থোরম অমা ওইরগনি। করম্বনা কগদব লোশিং চাওবা ইবুঙোসিংনা বাখল তৌনবা মত্তংনি।

২৪। হৌজিক অসীদা মীতৈ ঐখোয়না 'ক্ষেত্রী'নি হায়চুনা হায়নরি। মরম অদুনা 'মহাভারত' অসিবু মীতৈ ঐখোয়গী ইপা ইপুসিংগী য়ারি লাইরিকনি হায়চুনা ওনখোকনা লুনা তাকৈজে। হৌজীককি মতমগী লাইরিক হৈব ইবুঙো ইবেমসিংনাদি, মসিবু মীগী ইংখোলনদা তাংদক্লবগুম্বা খোকই হায়চুনা হায়নরি। ইবুঙো ইবেমসিংনা হায়নরকপগী মতুং ইনদনা ঐখোয়না বাখল

তৌখৈ। 'মহাভারত' অসিনা মীতৈ ইপা ইপু হৌভদগী বারি ওয়রবদি নহুষ নিংথৌখোইসি ঐথোয়গী ইপা ইপু ওয়বা ত:রে। নহুষ নিংথৌগা লাইনিংথৌ সোয়ারেনগা মরি মথোং চিথৈ হায়বসিদি থোইদোকপা তাবা লৈতে। নহুষ নিংথৌসে অয়াম্বা পুরোনগী ওয়রবন্থ বক্রুবাহ হায়রিবসি:দি নবখ্রবা ইপুথৌসংনি হায়হুনা মীতৈ পুম্নমকনা হায়নরি। বক্রুবাহ হায়বা নিংথৌ অহুদি 'মণিপুর' হায়বা লৈপাক অহুদা নিংথৌ ওইদনা পালম্বী হায়হুনা হায়নৈ। বক্রুবাহ হায়ফিনাসিদ জন্মেজয় নিংথৌখোইগী মপুথৌ-শিং থোকলে। জন্মেজয় নিংথৌদি পঞ্জাব লৈপাকতা পালম্বী। মপুথৌশিংস্থ মকম অহুদা মথং মনাও নায়না পানথি। বক্রুবাহবু পোকপদি, অর্জ্জুনা হায়রিবা অকনব ইবুঙো'হুনি হায়হুনা হায়নরি অকনবা অর্জ্জুননা লৈপাক কোইবা লাকপদা মণিপুর হায়বহুদা গন্ধর্ব্ব নিংথৌগী মচাম্নুপী 'চিত্রাংগদা' হায়বিহু লৌহুনা বক্রুবাহ পোকলমম্মি হায়হুনা হায়নরি। হৌজিক অসিদা মণিপুর হায়না খংনরিবা মীতৈ লৈবাক অসিদি মচিকৈদা মণিপুর হায়না খংনরমদে হায়হুনা অথংবা অহৈবা ইবুঙোশিংনা হায়রিয়ে। মণিপুর হায়বা লৈপাক অমা উড়িষ্যা হায়বা লৈপাক অহুগী খা পাংবদা ঈশিং ঈপাক অচৌবগী নাকতা 'মহেন্দ্রো' হায়রিব চিংজাও অহুগী মনাকতা লৈরম্মী হায়হুনা হায়নৈ। মকম অহুদগী হৌজিক ফাওবস্থ ক্ষেত্রো হায়বা ফুরুপ অহু য়াম্না লৈরি। মকম অনিসি করম্বনা অওইবনো হায়হুনা খিনরকপদা, থাইনগী থুদম লৈব মকম অমম্নং হায়নরকপদা উত্তাই চাবা মকম অহুনা অওইবনি হায়না লেপনৈ।

(ক) মীতৈ লৈবাক অসিনা মণিপুর হায়বত্থু ওইরমলবদা অমম্থুং বভ্রুবাহ হায়রিবা নিংথৌ অত্থবা পালমলবদা, ইবুঙো মহাকপ্তি অচৌবা নিংথৌনি, মপা মপুনা ভৌরম্বা চংলম্বা পুম্নমক্কী কীদম থরক্তং লৌরোইদবা লৈতে। মপা মপুদি সংস্কৃত মরোল লোলমথিবনি মহাকম্থু থরক্তংদি হৈরমগনি। মীতৈ লৈবাকতা সংস্কৃত মনম থজিকতং কাওবা লৈরমদে।

(খ) বভ্রুবাহগী মপা মপুদি ব্রাহ্মণ ঋষিগী মথা পোলমথিবনি। মীতৈ লৈবাকতা ব্রাহ্মণ ঋষি লৈরমদে।

(গ) বভ্রুবাহ হায়রিবসি সংস্কৃত মরোনগী মমিংনি। মীতৈ লৈবাক্কা নিংথৌরোল পুম্নমক্কী মমিং সংস্কৃত মরোলনা থোমরমদে। মীতৈরোলগী মমিংমকতা লৈরম্মী। মীতৈ লৈবাক্কা ক্ষেত্রী নিংথৌনা পাল্লম্মী হায়বা থংনভম থুদম করি অমত কংদে। বভ্রুবাহগী হাক্তক্তি থমলদনা রামানন্দী, গৌরধর্ম্ম অনিসিনা মীতৈ লৈবাক্কা তারক্সিতৈদা ময়াং মরোলসি মীতৈ লৈবাক্কা স্থুপলৈ লৈরমদে। মরম অসিনা মীতৈ লৈবাক্কী লাইরিক হৈবা ইবুঙো ইবেমশিংনা, মীতৈ লৈবাক্কা ক্ষেত্রী নিংথৌ বভ্রুবাহনা পাল্লম্মী অমম্থুং মীতৈ হায়র্বসি বভ্রুবাহগী মচা মগুনি হায়বসিদা মরিক অমত্তং থাজবিবা লৈথক্তে। রামানন্দী, গৌরধর্ম্ম চংলকপংসিদা মীতৈ ঐথোয়গী মিংথোলসি ময়াং মরোলগী অনৌ অনৌবা কামিনী, ধমণী, অশ্বিনী রেবতী, যমুনা, রমণী অসিনচিংবা মুপীগী মিংথোলসি নিপা মরুপকি মমিং ওইরকলে। মসি পুম্নমকসিবু মথকতা কাথংতুনা মানবা হায়বত্থুরা, মথাদা কমথদনা মানবা হায়বত্তবা

পুকচেল চাওবা ইবুঙো ইবেমশিংনা থংবিগনি।

২৩। (১) মীতৈবাককী মীনা কুপশিনবা থিনয়কপগা ;

(২) মীতৈ লৈবাক অসিনগী মচিঠৈদা (থাগেম্বগী মমাংদা) মণিপুর হায়না খংনরমবদগা ;

(৩) মচা'ম'মতভা হায়রিবা ক্ষেত্রীশিংগী মঙৎ সকতমগা, মীতৈগী সকা মচেৎ অমত্তং মানদবসিগা (দেখদ্বিজ মন'সক ইত্যাদি) ;

(৪) ক্ষেত্রীশিংগী মরোনগা মীতৈগী মরোনগা তাইনবা য়াদবসিগা ;

(৫) মীতৈবাককী মীনা হুঙকপদা বক্রুবাহগী মচা মশুনি হায়দুনা খংনভম থুদম অমতং উৎপ ভমজদবগা পুঃমকসিগী থক্লুবদা পুকনিং ওনথোকনা চিংনরে। লুসো য়াওদবা লুগী মতম ওয়ৱে। মীতৈ ঐখোইবু পকচরুত্রা, ভাংজরুত্রা, হায়দুনা পুকনিংদা নিংজিংব পোকলে। মীগী কঙবা মমা মপাবুদি ঐগী ওয়গে হায়বা য়াদে। কজরবসু থিবু থিরবসু ঐগী ইমা ইপ'দো, ঐগীনি। ঐতগীদি লাইনি। বক্রুবাহগী মচা মসুনি হায়বসি অদুক থমজিনদনা মীতৈ ঐখোয় অসিবু, লাইনিংথৌ স্নামহী, লাইনিংথৌ পাখংবগী মচা মসুনি হায়বসিদা কয়ামুক লৈখা তারগদগে। য়েকসলাই হায়রিবসি পাখংবা, স্নামহীনা পোকতবা ওয়রবসু মথোয়দগী হৌরকপনি। পাখংবা, স্নামহীগী মচা মসুনি হায়বসিদি লাইবা ওয়দুনা লৈরবনি। মসিবু উৎ বায়না থুমদনা থম্বা য়াবা নত্তে। স্নামহী, পাখংবা হায়রিবসিদি লৈসেমথকপদগীনি;

বভ্রুবাহ চায়রিবসিদি, অমম্বোমদা হায়রগা ঙম্নাংদগীনি। বভ্রুবাহ পোকত্রিবৈ অ: মমাংদগী নৈরব মীতৈনি। পাখংবা স্নামহীনা হৌরকপগী ৱারীসিদি 'মহাভারত'দি স্নুপ স্নাও য়াওখিব্রে। লমখি অনিসি তোঙান তোঙানবা ওয়বা তারে। মরম অসিনা, মহাভারত হায়রিবা অচৌবা লাইরিকসে মীতৈ ঐখোয়গী ইপা ইপু হৌরকপগী ৱারী অতুমঙ্কা ওয়রোইদমালে। মহাভারতপু লাইথোকচবগী বানতে, অরুবা লাইরিকনি। তেংবানবগী মপুগী সায়োম্নি হায়রিবা কৃষ্ণ ইবুঙো অতু য়াওনা সানগ্রবা কুমৈগী পুয়া অচৌবা অমনি। তাবগী অপেনবা নায়দে, মসি মকনা ইপা ইপুগী ৱারী তারগা লংঙবা কোকই হায়বত্তু অতুমকনা থোক-লরোইদমালে।

লোইরবা



